# দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬

## (১৯৮৬ কী এক্ট নং ৬৮)

## (রুলসকা কোন্নরবা)

*তেলোন্দা হন্দোকচবা :*

লাইরাংথেম রাজেন্দ্র

# দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬

মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

সোইবম লৈকাই, খওলাবুঙ লৈরক, ইম্ফাল।



এলঃ দিঃ এমঃ আর্টস সেন্টর, ইম্ফাল




**The Consumer Protection Act, 1986**
(Act No 68 of 1986) and
**The Manipur Consumer Protection Rules, 1989**
*Translated into Meeteilon by*
**Moirangthem Rajendra**

Statement as required by the proviso to clause (r) of Sub section (1) of Section 52 of the Copyright Act, 1957

I do hereby state that this translation has not been authorised or accepted as authentic by the Government

*Moirangthem Rajendra*

অহানবা ফোঙবা ঃ ওক্টোবর ২০০০

কোপী মশিংঙ ঃ ১০০০ (লীশিং অমা)

ফোঙজবী ঃ মোইরাংথেম ওঙবী ইবেচোনা এলঃ দিঃ এমঃ আর্টস সেন্টরগীদমক ফোঙজবা।

কোপী রাইট ঃ অইবা

মমল ঃ লুপা।

**To be had of :**
**MOIRANGTHEM RAJENDRA**
**Soibam Leikai Khanglabung Leirak**
**Tele. No. : 440088**

নম্ফম ঃ নমযানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।



লৈখিদ্রবা ঐগী ইয়াম্বা অহল ঁমোইরাংথেম আনন্দ

(ইং ১২/১০/১৯২১—৬/৭/১৯৯৯) গী

খুয়া খাদা কৎচরী

কৎচরিবা ঃ

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

# অফোঙবগী মায়কৈদগী

কবিগুম্বা লৈবাক অমদা চৎনবিবা আইনশিং অসি লৈবাক অদুদা লৈবিবা মীপুম খুদিঙনা — লাইবিক হৈবা হৈতবা থিদনা অদুগুম্বা আইনশিং অদু খঙলবসু খঙদ্রবসু - খঙই হায়না লৌগনী হাযনা আইন্না হাযবি। অদুবু ঐখোযগী লৈবাক অসিদা হাযবদি ভাবত পুম্বদা ফংইবা আইনগী লাইবিকশি অসি অযাম্বনা ইংলিশতা ইবনী। অদুমকপু ভাবতকী ষ্টেট কযাদা লৈবিবা মীশিংনা মাগী মাগী মবোলশিংদা বাহল্লোক তৌদুনা মাগী মাগী মাযামধু চৎনবিবা আইনশিং খঙতন্নবা লনাই মীওইশিং অমদি লুপশিংনা হাৎনবি। ঐখোযগী মনিপুব অসিদসু মমাঙদা মীওই খবনা এক্ট অমা অনী মাতেলোনদা হন্দোক্তুনা ফোঙবিবম্বসু থেংনবে। মদু অফবা থবক অমনী হাযনা খঞ্জবগা লোযনবা এল দি এম আর্টস সেন্টবনা শেবেং বাবী মচা, নোভেল অমদি দামানচিংবা ফোঙজদুনা মীযামগী সেবা তৌজবকপনী। মদুবু হাঁবম অসিদদি সেন্টব অসিনা থবক ইতৌ তৌবকখিদবদুদা অবাৎপা অসি মেনখৎপা খবগী মখৈদি ঙমগদবা হাযবগী বাখলদা সাং সোইবম লৈকাই খঙলাবুঙ লৈবক্তা লৈবা থাঙ্গেশেংনা এদভোকেট ওইনা বাযেলশঙনচিংবদা লেপ্পা খোৎপবুদি তৌদ্রবসু বেজিষ্টাব তৌদুনা এদবোকেটতি ওইববা শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র-দা হাযজকবদগী যাবিবক্তুনা মমাঙদা লাইবিক ওইনা অহুম অমসু ফোঙখ্রবা মতুংদা মবিশুবা অসিমসু ফোঙজবি। মখা তাবসু ফোঙজবকখিগনী। ফগাৎনবা পাউতাক পীবিবকপদা তবান্না লৌজগনী।

মুতুবা তোম্বা

*সেক্রেটরী*

এল দি এম আর্টস সেন্টব, ইম্ফাল।

# দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬
## (১৯৮৬ কী এক্ট নং ৬৮)

## য়াউরিবশিং

### ১বা তাংকক
### ৱাহৌদোক



### ২বা তাংকক



### ৩বা তাংকক
### কঞ্জুমর দিস্পুটস রিদ্রেসেল এজেন্সিজ

## ৪বা তাংকক

## মখল মথেল

# দি মনিপুর কঞ্জুমর প্রোটেক্সন রুলস, ১৯৮৯
## মীতৈলোন্দা হন্দোক্লবা

### য়াউরিবশিং

# দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬
## (১৯৮৬ কী এক্ট নং ৬৮)

[সেপ্টেম্বর ২৮ ১৯৮৬]

পাংথোক নত্রগা অতোপ্পনা তৌবিবা থবক শীজিন্নবিবশিংগী খুদোংচাবা হন্না নিংথিনা ডাক্লবা অমদি মদুগীদমক্তা শীজিন্নবিবদুগী খংনচৈনবা যেংশিনবা অমদি মদুগা। মর লৈনবা মাফমশি বাতেমদুনা লোইশিন্ননবা পাংথোব নংগা অতোপ্পা তৌবিবা থবক শীজিন্নবিবগী কাউনসিলশি অমদি অদুগা অচম্বশিং থম্লবা বাপোল পাবা আইন অমা।

লেপাক মীযামগী। লেডাক্লোন নৈববা ভাবতকী বুহ্লাংবেংশুব চহাসিদা পালিযামেন্টনা মসি মখাগী অসুম্না এক্ট ওইনা শেম্মসনু (শেম্লু)

### ১বা তাংকক
### বাহৌদোক

১। অতেনবা মিং, চৎনফম, চৎনবা হৌবা অমদি শীজিন্নবা

(১) এক্ট অসি দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ কৌবা যাই (কৌগনি)।

(২) মসি জম্মু অমদি কাশ্মীব নত্তনা ভাবতকী মফম খুদিঙদা চৎনগনী।

---

১। নোটিফিকেসন নং এসঃ ও ৬২০ (ই) তাবিখ ১৫ ৯ ১৯৮৭ কী মতু ইন্না অনা ২শুবা অমদি ৪শুবা তাংককশি অসি জম্মু অমদি কাশ্মীব নত্তনা ভাবতকী মফম খুদিঙদা তাং ১৫ ৪ ১৯৮৭ দগী চৎনখ্রে নোটিফিকেসন নং এসঃওঃ ৫৬৮ (ই) তাবিখ ১০ ৬ ১৯৮৭ কী মতুইন্না তপুবা তাংকক অসিনা জম্মু অমদি কাশ্মীব নত্তনা ভাবতকী মফম খুদিঙদা তাং ১ ৭ ১৯৮৭ নী চৎনখ্রে।

(৩) মসি সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্কুনা অদুগুম্বা অদুদগী চৎনগনী হায়না লেপ্পা তারিখ[১] অদুদগী চৎনগনী অদুগা তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংগী অদুগা আইন অসিগী তোঙান তোঙানবা রারোলশিংগী চৎননবা তোঙান তোঙানবা তারিখশিং লেপ্পা য়াই।

(৪) এক্ট অসি সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্কুনা তশেংনা চৎনরোই হায়দুনা পীববা মফমশিংদা নত্তনা পোৎ চৈশিং অমদি অতোপ্পনা তৌরিবা থবকশিংদা শীজিন্নগনী।

২। **রাহস্থোকশিং** —

(১) রাহৈশিংগী মাঙ-তুংদা য়াউরিবশিংদুনা অতোপ্পা রাহষ্টোক চেলহন্দ্রবদি এক্ট অসিদা —

[(এ) "চপচাবা সাইঙ্গকী চাংয়েংশঙ" হায়বসি –

(i) সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা শক খঙলবা; নত্রগা

(ii) রাফম অসিগী মরীদা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা অসুম তৌগদবনী হায়দুনা শেম্নবা পথাপকী মখাদা পীরকপা পোরমশিংগী মতুংইন্না ষ্টেট গবর্নমেন্টনা শক খঙলবা; নত্রগা

(iii) পোৎশকশিংবু অশোয় অঙাম য়াউব্রা হায়দুনা মচা খাযনা য়েংনবা নএগা চাংয়েং তৌনবগীদমক্তা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা নত্রগা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ঙাক্লৌ পীবা, শেল থাদবিবা নত্রগা মতেং পীবা, চৎনরিবা আইন অমনা নত্রগা আইন অমগী মখাদা লিংখৎপা অদুগুম্বা সাইন্সকী চাংয়েংশঙ নত্রগা শেমগৎলবা লুপ অমা হায়বনী][১];

[(এএ) "ওফিশ মশা" হায়বসি –

(i) ওফিশ মশানী হায়না অয়েৎপা কাঙবুনা হায়বা (ওফিশ) অমা; নত্রগা

(ii)লোয়শঙদুগী মকোক ওইরিবা ওফিশতুনা তৌরিবা থবকশিংদুগা চপ মান্ননা নত্রগা মপুঙদা মান্ননা থনক তৌরিবা ওফিশতুবুনি][২];

১,২। তাং ১৮ ৬ ৯৩ ইংদগী হৌনা দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯৩ (১৯৯৩ গী এক্ট নং ৫০) না মথং শিঞ্জিল্লকপনী।

(বি) "ৱাকৎপা মী" হায়বসি –

(i) পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীশক অমা; নত্রগা

(ii)"দি কম্পেনিজ এক্ট, ১৯৫৬", (১৯৫৬ কী ১০) কী নত্রগা চৎনরিবা অতোপ্পা এক্ট অমগী মখাদা মিং চনখৎলবা লনাই ওইনা তৌবা পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবশিংগী ক্লব অমা; নত্রগা

(iii) ৱাকৎ থাঙ্গৎলিবা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্ট নত্রগা ষ্টেটকী গবর্নমেন্ট অমা; নত্রগা

[(iv) পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নরিবশিং অদু মশীং য়াম্লগনা ফংফম থোকপা হক মান্ননা লৈবা পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা অমা নত্রগা অমদগী হেনববু হায়বনী][১];

(সি) "ৱাকৎ" হায়বসি ৱাকৎপা মী অদুনা ইদুনা –

[(i) ললোন ইতীক তৌবা মীওই অমনা ললোন ইতাওগা চুমদবা ফজদবা নত্রগা অথিংবা পীবগী থৌদৌ অমা শীজিন্নরে][২];

[(ii) মানা লৈরবা নত্রগা লৈগে হায়বদা য়ারবা পোৎ অমদা অশোয়বা অমা নত্রগা অমদগী হেন্না য়াউরে][৩],

[(iii) নেক্লগা তৌহল্লবা নত্রগা খুনেক্লা তৌখ্রবা মাগী থবক নত্রগা নেকপদা য়ারবা নত্রগা খুনেক তৌদুনা মানা ফংখ্রবা থবক অদুগী মরী অমদা অশোয়বা অমা নত্রগা অমদগী হেন্না য়াউরে][৪];

(iv) ললোনবা মীশক অমনা ৱাকত্তুদা পল্লিবা পোৎ অদুগী মমলদু মদুগী মখাদা লেপখ্রবা মমলদুদগী হেন্না লৌরে নত্রগা পোৎশক্তুগী নত্রগা পোৎশক্তু য়াউরিবা পোৎশক্তুগী নত্রগা পোৎশক্তু য়াউরিবা পোৎয়োমদুগী মথক্তা

---

১। ১৯৯৩ গী এক্ট নং ৫০ না হাপচিনখ্রবনী তাং ১৮-৬-১৯৯৩ ইং দগী।

২গা ৩ গা। ১৯৯৩ গী এক্ট নং ৫০ নং তাং ১৮-৬-১৯৯৩ দগী মহৎ শিঞ্জিল্লকপনী।

৪। ১৯৯৩ গী এক্ট নং ৫০ না তাং ১৮-৬-১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

(থাদুনা) অহেনবা মমলদু উৎলে হাযদুনা এক্ট অসিনা নত্রগা এক্ট অসিগী মখাদা পীবিবা মতেং অমা ফংজগে,

[(v) চৎনবিবা আইন অমগী মখাদা অদুগুম্বা পোৎশক অদুদা কবি কবি মচাক যাউবিবনো কবম তৌনা শীজিন্নগদবনো হাযবনচিংবদু ললোল্লিবা মীশকশিংনা উৎকদবনী হাযবা বাবোলগী মাযোক্তা মীযামদা মখোযগী পুন্সিদা অমদি অশোয অণাম থোক্তনা হিংবদা মদু শীজিন্নবনা খুদো থীনিংঙাই ওইবা পোৎশকশিং যোন্নবা তৌরে], হাযদুনা হাযবদুনি।

(দি) ' পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী '' হাযবগী বাহস্থোক্তি – কনাগুম্বা -

(i) মমল পীদুনা নত্রগা পীগনী হাযদুনা নত্রগা মচেৎ অমা পীবগা মচেৎ অমনা কোন্না পীগনী হাযদুনা নত্রগা কবিগুম্বা থেঙথনা মমল পীনবা যাবা পথাপ অমগী মখাদা পোৎ চৈ লৈবিবা মীশক্তুবু পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা কৌই অদুগা মমল পীদুনা নত্রগা পীগনী হাযদুনা নত্রগা মচেৎ অমনা পীবগা মচেৎ অমনা কোন্না পীগনী হাযনবগা নত্রগা কবিগুম্বদা থীহ্নুনা মমল পীবা যাবগী পথাপ অমগী মখাদা পোৎ চৈ লৈবিবা মীশক্তু নত্তবা পোৎচৈশিংদুবুদি সীজিন্নবিবা মীশক্তুসু পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী হাযবসিগী মনুং চল্লি অদুবু অদুগুম্বা পোৎচৈশিং অদু অমুক যোহ্নোক্লবা নত্রগা ললোন ইতীক তৌনবা লৌকবিবা মীশক্তুদি পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী হাযবসিগী মনুং চন্দে, নত্রগা

(ii) অনেকমল পীদুনা নত্রগা পীগনী হাযদুনা নত্রগা মচীৎ অমা পীবগা মচীৎ অমনা কোন্না পীগনী হাযনদুনা নত্রগা কবিগুম্বা থীহ্নুনা পীনবা যাবা পথাপ অমগী মখাদা [নেক্তুনা অতোপ্পা অমবু মাগীদমক থবক

---

১। ১৯৯৩ গী এক্ট নং ৫০ না তাং ১৮ ৬ ১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

খুৎপাংথোক্তদা অশোযবা, মপুঙফাদবা, অরাৎপা নত্রগা যৌফম থোকপা থাক অদু যৌদবা হাযবনী,

(ঐচ) "দিষ্ট্রিক্ট ফোবম" হাযবদি সেক্সন ৯ গী ক্লোজ (এ) গী মখাদা লিংখৎপা কঞ্জুমব দিস্পুটস বিদ্রেশেল ফোবম হাযবনী,

(আই) "পোৎচৈ" হাযবসি দি সেলস ওফ গুদস এক্ট, ১৯৩০ (১৯৩০ গী ৩) না কদাযবু কৌবগে হাযনা পীববা পোৎচৈ হাযবদুনী,

(জে) "পোৎ শাবা (পুথোকপা) মী" হাযবসি-

(i) পোৎ অমা নত্রগা মদুগী শরুকশিং শেম্মিবা নত্রগা শাবিবা, নত্রগা

(ii) পোৎ অমত্তা শেম্বা শাবদি তৌদনা অতোপ্পনা শেম্বা নত্রগা শাবা পোৎকী শরুকশিং অদু পানখৎলগা অরোইবা পোথোক অদুবু মানা শাবনী হাযজবা মীশক নত্রগা

(iii) অতোপ্পা পোৎশক মীনা শেম্বা নত্রগা শাবা পোৎশক্তা মতাক মশাগী খুদম হাপ্পুনা নত্রগা হাপচন্দুনা মানা শেম্বনী নত্রগা শাবনী হাযবিবা মাশক অদুবুনী,

শন্দোকপা বাবোল — কনাগুম্বা পোৎচৈ শাবা মীশক অমনা পোৎ অমা নত্রগা মদুগী শরুক্তু মহাক্না থম্বা ওফিস মশাদা থাবগা অদুগুম্বা ওফিস মশা অদুনা মদুদা থানকপা শরুক শিংদু পানখৎপা অমদি যোনবা নত্রগা যেম্লোকপগী থবক্তু ওফিস মশাদুনা তৌজববসু মদুবুদি পোৎ শাবনী হাযনা লৌবোই।

[(জজে) "মেম্বব" হাযবসিদা নেশনেল কম্মিশনগী ওইববসু নত্রগা ষ্টেট অমগী কম্মিশন নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অমগীবু ওইববসু মদুগী প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বব যাওই,]

(কে) "নেশনেল কম্মিশন" হাযবসি সেক্সন ৯ গী ক্লোজ (সি) গী মখাদা লিংখৎপা নেশনেল কঞ্জুমব দিস্পুটস বিদ্রেসেল কম্মিশন হাযবনী,

(এল) "নোটিফিকেসন" হাযবদি ওফিসিযেল গেজেৎতা ফোংদবা নোটিফিকেসন অমা হাযবনি,

১ ইং ১৯৯৩ গী (এমেণ্ডমেণ্ট) এক্তনা ... ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হৌনা হাপচিল্লকপনি।

(এম) "মীশক" হায়বসিদা —

(i) মিং চপ্লবা নত্রগা চন্দবা ওইববসু ফার্ম অমা, নত্রগা

(ii) তোঙান তোঙান চানদনা পুন্না লৈমিন্নবিবা হিন্দুশিংগী ইমুং অমা, নত্রগা

(iii) কোওপরেটিব সোসাইটি অমা,

(iv) দি সোসাইটিজ রেজিষ্ট্রেসন এক্ট ১৮৬০ (১৮৬০ গী ২১) গী মখাদা মিং চনখৎলববু ওইববসু চনখত্রিনবু ওবিবসু মীযামগী ওইবা অতোপ্পা লুপ খুদিঙমক— যাউই,

(এন) "লেপথোক্লবা" হায়বদি ষ্টেট গবর্নমেন্টনবু ওইববসু নত্রগা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনবু ওইববসু শেমদুনা ইনগদবা চৎনগদবনী হায়না লেপথোক্লবা হায়বনী,

[(এনএন) "ললোন ইতৌগী অথিংবা পীবগী থৌদৌ" হায়বসি কবিগুম্বা ললোন ইতৌকী থৌদৌ অমনা পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী অমবু পোৎ অমা লৈনবা নত্রগা থবক অমা নকপা নত্রগা তৌহন্নবগী মাঙজৌনবা যীভম অমা ওইনা অতোপ্পা পোৎ লৈবা নত্রগা থবক নকপা নত্রগা তৌহনবগী ওঙাইফদবা লৈহনববু কৌই,]

(ও) "থবক" হায়বসিগী বাহয়োক্ত মদু শীজিন্নবগদৌবিবা মীশকশিংদা ফংহল্লিবা মখল অমগী থবক হায়বনী অদুগা মসিদা বেঙ্ককী, শেল থংদোক থংজিনগী, শিবা নাবা থোকপদা শেল ফংনগী মবপকী, চথোক চৎশিনগী, পোৎচৈ শাদুনা থোকহনবগী থীওঙগী, ইলেক্ট্রিকী নত্রগা অতোপ্পা শক্তি পীনবগী, (গাড়ৌনচিংবদা) তোংখৎপগী নত্রগা পোৎ হাপ্পগী নত্রগা অনীমক্কী, [যুমকৈ শাবা মীঙোন্দা পীজ পীথক তৌবা, হবাউকুম্মেগী নত্রগা থৌদোক বাথোক্কী পাউদম নত্রগা অতোপ্পা ঈ-পাউ পীবগী থবকশিংসু যাউনি অদুবু মমল লৌদনা নত্রগা কবিগুম্বা

১ ই ১৭ গী এমেন্দমেন্ট এক্ট ন ৫০ না ২ ২৮ ১ ৩ দগী হৌনা হাপচিল্লকপনি।
২ ই ১৯৯৩ গী এমেন্দমেন্ট এক্ট ন ৫০ না ৩ ২৮ ১৯ ৩ দগী মহুৎশিন্দনবী।

যানবা অমগী মখাদা তৌবা লনাইগী ওইবা থবক্তি যাউদে,

(পি) "ষ্টেট কম্মিশন" হাযবসি সেক্সন ৯ গী ক্লোজ (বি) গী মখাদা ষ্টেট অমনা লিংখৎপা কঞ্জুমর দিস্পুটস রিড্রেসেল কম্মিশন অমনু কৌই,

(কিউ) "ললোন ইতাক তৌবা মী" হাযবসি পোৎশক অমগী মবাদা পোৎযোনবা নত্রগা যোন্নবগীদমক পোৎ যেঙ্খোক্লিবা মীশক অদুনা অদুগা পোত্তুবু শাবিবা মীদুসু যাউই অদুগা পোত্তু যোনব্দা নত্রগা যেঙ্খোকপদা পোৎযোমগী মগুণদা যোনবা নত্রগা যেঙ্খোকপা ওইবগদি পোৎযোম্দু শাবিবা মীদুবুসু অদুম্মক কৌগনী,

[(আর) "ললোন ইতৌগী মগুণদা থৌদো" হাযবগী বাহঙ্খোক্তি পোৎ যোনবদা, শীজিন্নবদা নত্রগা পোৎ অমা পীবদা নত্রগা মীগী থবক তৌবিবদা চাউখৎহন্নবগীদমক মখাগী থোদোশিংসিগী মনুংদা অমা পাউনা ফজদবা পাম্বৈ নত্রগা মগুণদবা নত্রগা মাওংদা থৌদোবু কৌই, হায়বদি

(১) চান্নবু ওইববসু নত্রগা অহনবু ওইনবসু নত্রগা উননবা অমোকপা লাই ওইনবু ওইনবসু

(i) পোৎশিংদুবু মীনম্মদুনা অখন্নবা থবক মগুন, চাং, মখল, মচল মগুণ নত্রগা শক্তমদুগী পোৎনী হাযবা

(ii) মীনমদুনা তৌবিবা থবকশিংদু অখন্নবা থাক, মগুন নত্রগা শক্তমগীনী হাযজিনবা,

(iii) মীনমদুনা অমুক হন্না শাববা, খুথাঙ অনী শুববা, নৌথোকহল্লবা, অমুক হন্না সীজিম ফজনা থম্লবা নত্রগা অমনবা পোৎপু অহনবনী হাযজিনবা,

(iv) পোৎচৈশিং নত্রগা থবকশিংদুগী দাযী পুবিনবা, অযাবা পীবিনবা, পাঙথোক্লবা, তোপ তোপ্পা মগুন, তোপথোক তোপশিন তৌনবা মচাকশিং কান্নবশিং নত্রগা ওইজবশিং লৈশুলৈতনা লৈ হাযবা,

(v) অযোনবা মীদু নত্রগা হুল্লিবা মীদুগী দার্যী পুবিনবা নত্রগা মানা তৌবিবদুদা যাই হাযবিনবা নত্রগা মানা অচৌবা অমগী মশা ওইদুনা লেশুলৈতনা লৈ হাযবা,

(vi) কবিগুম্বা পোৎচৈশিংগী কন্ডাযফদবা নত্রগা কান্নবগী মবীদা ওইদবা নত্রগা লান্না লম্জি বগী বাঙাং ঙাওবা.

(vii) পোথোক অমগী নত্রগা কবিগুম্বা পোৎশক অমগী থবক পাঙথোকপা, পান্নিবা মহৈ থোকহনবা গুম্বা নত্রগা মপুনাশিংগী মশা নত্রগী মবীদা মতীকচানা নত্রগা মওঙ চুম্না চাযেং তৌদনা মীযামদা শোইদ্রবনী হাযবা নত্রগা অমাঙ অতানচিংবা হঞ্জিন্নবা দার্যী লৌনবা হাযবা,

অদুবু অদুগুম্বা শোইদ্রবনী হাযবা নত্রগা অমাঙ অতা হঞ্জিন্নবা দার্যা লৌনবা চিংবগী মতাংদা মদু মতীকচানা নত্রগা মওঙ চুম্না চাংযং তৌখিবদা যুম্ফম ওইবগা নীখিবনী, হাযনা মশাবু ঙাকথোক্লবগী বাফম লাকপদা প্রমান পীবগী দার্যী অদু অদুগুম্বা মশা কঞ্জনবা তৌবিবা মীশক অদুনা পুজগনী,

(viii) মীযামদা -

(i) পোথোক অমগী নত্রগা কবিগুম্বা পোৎশক নত্রগা থবক অমবু শোগদ্রবনী নত্রগা অশোয অঙাম থোক্লগা হঞ্জিন্নবা দার্যী লৌগনী, নত্রগা

(ii) পোৎশক অমা নত্রগা মদুগী শরুক অমা শিন্দোক্লবা, তেক্ত কাযদনা থম্নবা নত্রগা শেমজিন শাজনবা নত্রগা মদুনা ফংনিংইবা তাং দাংবা মহৈ অদু ফংদ্রিবা ফাউবা থবক অদু হঞ্জিন হঞ্জিন্না নত্রগা মখা তানা চত্থখিগনী - হাযবগী মওঙ তাবা বাঙাঙ অমা ঙাঙবা।

অদুনা কবিগুম্বদা অদুগুম্বা অচুম্বনী নত্রগা অমাঙ অতা থোকপদা শিংজিনগনী হাযবগী নত্রগা বাশকপগী মওঙ মানবা অদুগী মচাক্তুনা লান্না লমজিংবা ওইবগদি নত্রগা

অদুগুম্বা অচুম্বা ভাঙবা, শিংগনী হাযবা নত্রগা বাশক অদু পাঙথোক্কনী হাযবগী নাতৈ চাবা ওইথোকপা যাবা লৈত্রবদিঃ

(IX) পোথোক অমবু নত্রগা মান্নবা পোথোকশিং নত্রগা পোৎচৈশিং নত্রগা থবকশিংবু মহৌশাগী ওইনা যোনখ্রবা নত্রগা যোল্লিবা নত্রগা পীখ্রবা অদুগী মমলগী মবীদা মরু ওইনা মীযাম্বু লান্না লমজিংলবা, অদুগা, মবম অসিগীদমক্তা, কবিগুম্বা পোথোক অদু যোনখিবা নত্রগা থবকশিং তৌবিখিবা অদু মমল অদুদনী হাযবা মীশক নত্রগা মহাক্কী মহুত্তা হাযখিবা মীশক অদুনা শেংনা অকক্কনা তাক্তুবদি অযোনবা নুপাদুনা পোথোক নত্রগা পোৎশিংদু নত্রগা থবক তৌবিবিবা মীদুনা থবকশিংদু মবী লৈনবা কৈথেল অদুদা মানা যোনখিবা নত্রগা লৌখিবা মমল অদুগী মবীদা ভাঙবা বাঙাঙনী হাযনা লৌগনী,

(X) অতোপ্পা মীশক অমগী পোৎচৈ, থবকসিং নত্রগা কাবনাববু মমল হল্লহন্নবা ওইদবা নত্রগা অশেংবা বাফমশিংবু লান্না লমজিংনবা বাঙাঙ ভাঙবা।

শন্দোকপা বাবোল ক্লোজ (১) গী মবমগীদমক —

(এ) যোন্নবগীদমক লাম্লেক্রবা নত্রগা উত্তুনা থল্লবা পোৎ অমগী মথওং নত্রগা মদুবু যোল্লিবা চেনচিংবদুগী মথক্ত। ফোঙদোক্লিবা নত্রগা

(বি) যোন্নবগীদমক লাম্লেক্রবা নত্রগা উত্তুনা থল্লবা পোৎ অমদা নপশিনবা, মবক্তা যেপশিনবা নত্রগা লোযনবা কবিগুম্বা পোৎশক অমদা, নত্রগা উৎনবা নত্রগা যোন্নবা পোত্তুবু থাঙ্গৎশুনা থম্মম ওইবা পোত্তুদা ফোঙদোক্লিবা, নত্রগা

(সি) যোনখ্রবা, থাখ্রবা, খুৎশিন্নখ্রবা, মথাং চৎহনখ্রবা নত্রগা অতোপ্পা কবিগুম্বা মওঙ অমদা মীযামগী মবক্তা লৈবা মীশক্তা ফংবা যাবদা যাউবা -

শাঙাং অদু মীদুনা অমদি মীদখক্তনা মীযামদা ভাঙখিবা বাঙাঙনী অদুগা বাঙাঙ অদু মদুগুম্না ফোঙদোকখিবা ভাঙখিবা নত্রগা যাউহনখিবনী হাযনা লৌগনী,

(২) পোৎচৈশিং নত্রগা অতোপ্পগী থবকশিংদু মদুদা যোনগে নত্রগা লৌগে হাযনা খনবদি নত্তনা পোৎচৈশিং নত্রগা থবকশিংদু যোন্নবা নত্রগা লৌনবা মমলনী হাযদুনা পাউচে অমদা নত্রগা অতোপ্পা মওঙদা মীযামদা শন্দোকপা নত্রগা কাববাব তৌফম ওইবিবা কৈথেলদুগী মওঙ, তৌবিবা কাববাব কাববাবদুগী মখল অমদি পীকপা চাউবগী চাং অমদি শন্দোক্লিবদুগী মওঙদু যেংলগা নাতৈচোবা মতমগী তাংকক অমগী ওইনা অমদি চাংশিংগী ওইনা নত্রগা পোৎচৈশিং নত্রগা অতোপ্পগী তৌবিবা থবকশিংদুগীদমক মদুদা যোনগে নত্রগা লৌগে খনবদি নত্তনা পোৎচৈশিংদু নত্রগা থবকশিংদুগী যোন্নবা (নত্রগা লৌনবা) মমলনী হাযনা শন্দোকপদা অযাবা পীবা।

**শন্দোকপা ৱারোল**- ক্লোজ (২) গী মবমগীদমক "যোন্নবা (নত্রগা লৌনবা) মমল' গী ৱাহন্থোকসি—

(এ) অচম্বা মমল অমদা নত্রগা অতোপ্পগা মৰী লেননা যোন্নবা (নত্রগা লৌনবা) মমলনী হাযনা শন্দোকপা অমদা হাযবিবা মমল অমা, নত্রগা

(বি) শন্দোক্লিবা পোত্থোক নত্রগা মদুগুম্বা পোত্থোকশিং মহৌশাগী ওইনা যোন্নবিবা মমলদুগা যেংনক্তবগা কনাগুম্বা মীশক অমনা শন্দোক্লিবদু পাবগদি, তাবগা নত্রগা উবগা যোন্নবা (নত্রগা লৌনবা) মমলনী হাযনা লৌনগদবা মমল অমনি,

(৩) (এ) পীনী হাযনা লাম্থোক্লিনদুগুম্না পীগে হাযবগী অনীংবাদ যাউদনা খুদোনপোৎ মনাশিং নত্রগা অতোপ অতোপ্পা পোৎশকশিং পীগনী হাযনা লাম্থোকপা নত্রগা যোম্থোক যোনশিন তৌবগী থবক অদু হেক পাঙথোকপদা পোত্তুগী মমলনী হাযনা পীযু হাযবিবা শেনফম অদুনা পীগনী হাযবিবা নত্রগা লাম্থোক্লিবা পোত্তুগী মমলদুসু মপুম ওইনা নত্রগা মচেৎ ওইনা যাউথ্রবদুবু লেম্না নত্রগা মমল যাউদনা পীবিবক্লবনী হাযনা খলহনবা,

(বি) কবিগুম্বা পোত্থোক অমবু হকথেংননা নত্রগা নাকোইননা যোনবদা, শীজিন্নবদা নত্রগা হুনবদা নত্রগা কবিগুম্বা কাবলাব অমনী কান্নবগীদমক [illegible] 'দম্লবা, লৈতিনব চাংযে, [illegible] বক্কী নত্রগা হৈশিংবগী মশা[illegible] পাঙথোকহনবা

## ২বা তাংকক

## কঞ্জুমর প্রোটেক্সন কাউনসিলস

৪। **দি সেন্ট্রেল কঞ্জুমর প্রোটেক্সন কাউনসিল —**

(১) সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেসন থাক্কুনা অদুগুম্বা নোটিফিকেসন অদুদা পনবা অদুগুম্বা তাবিখ অদুদগী হৌনবা হৌগদবা সেন্ট্রেল কঞ্জুমর প্রোটেক্সন কাউন্সিল কৌবা (মসিগী মতুংদগীদি সেন্ট্রেল কাউন্সিল হায়না পনখ্রবা। কাউন্সিল অমা লিংখৎপা যাই।

(২) সেন্ট্রেল কাউন্সিল অদু মখাগী মেম্বরশিংসিনা শাগনী, হায়বদি :

(এ) সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী [কঞ্জুমর এফেয়ার্স] বা থবক পুবা মিনিষ্টর অদুগা মহাক্না মদুগী চিয়ারমেন ওইগনী। অদুগা

(বি) অতোপ্পা অসুক ওইগদবনী হায়না লেপ্লবা ওফিসিয়েল নত্রগা অদুগুম্বা অদুগুম্বা মখলগী হক লৈবশিংগী মচুং শিন্দুনা নন-ওফিসিয়েল মেম্বরশিং অসুম যাউগদবনী। হায়না লেপ্লবা অদুগুম্বা মশীং

৫। **সেন্ট্রেল কাউন্সিলগী মীতিংশিংগী থৌওঙ :**

(১) সেন্ট্রেল কাউন্সিল অসি তঙাই হেক ফংবক্তবদা মিতিং তৌগনী, চহী খুদিংগী [যামদ্রবদা মিতিং অমা][2] তৌগনী।

---

১। কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৭ না ফুদ এন্দ সিভিল সপ্লাইজগী দিপার্টমেন্ট হায়না পাহেংশিনগী মতুংগা ১৮ ৬ ১৯৯৫ দগী মহুৎ শিন্দোকখিনী।

২। কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না মিতিং অহুমক্তগী তাদনা হায়না বাহোংশিনা মতুংদা তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎ শিঞ্জিনখ্রে।

(২) চিযাবমেন্না লেপ্পা অদুগুম্বা মফম অমদি মতমদুদা সেন্ট্রেল কাউন্সিলগী মিতিংং তৌগনী অদুগা মদুগী থবকশিং পাঙথোকপগী লেপথোক্লবা শেন্নবা অদুগুম্বা থৌওঙ অদু ইনগনী।

৬। **সেন্ট্রেল কাউন্সিলগী পান্দমশিং** — সেন্ট্রেল কাউন্সিলগী পান্দমসি পোত্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীশিংগী (মখাগী) অসিগুম্বা হকশিং হেনগৎহন্নবা অমদি ঙাক্লবনী।

(এ) পুন্সি অমদি লনথুমদা খুদোংথীনিংঙাই ওইগদবা পোৎচৈশিং [অমদি থবকশিং][১] যোঙ্থোক যোনশিন পীথোক পীশিন তৌবা থিংবগী হক,

(বি) পোত্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবশিংবু ললোন ইতীক্তা ফজদবা থৌদৌশিংদগী ঙাকথোক্লবগীদমক পোৎশিংগী [নত্রগা থবকশিংগীবু ওইববসু][১] মতীক, চাং, পাঙ্গল, অশেংবা, থাক অমদি মমলগী মরীদা পাউ পীবগী হক,

(সি) মখল মখাগী পোৎশিং [অমদি থবকশিং][২] চাংদমনবা যাবা মমলশিং হেক যাবিবমখৈ শোযদনা খঙহন্নবা হক,

(দি) চানবা রাযেনশঙশিংনা পোত্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবিবশিংগী (রাকৎ) তাবিবা অমদি খন্নবিবগী হক,

(ই) ললোন ইতীক্তা ফজদবা থৌদৌ তৌবা [নত্রগা ললোন ইতীক্তা অথিংবা পীবগী থৌদৌ][৩] নত্রগা অচুম চুমদ খঙদনা ফত্তবা মওঙদা পোত্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবিবশিংবু নৈহৎপীবদগী কোকথোকপিহন্নবা (রাকৎপনচিংবা) তৌবগী হক, অমদি

(এফ) পোত্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী মরীগী ওইবা মহৈ মশিং তম্বগী হক।

৭। **ষ্টেট কঞ্জুমব প্রোটেক্সন কাউন্সিলশিং**—

(১) ষ্টেট গবনমেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্তুনা অদুগুম্বা নোটিফিকেসন্দুনা পন্দুনা পীবিবা অদুগুম্বা তাবিখ অদুদগী হৌনা কঞ্জুমব প্রোটেক্সন কাউন্সিল (মসিগী

---

১ ২ ৩। ই ১৯৯... ... ...ন তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎশিনখিবনী।

মথংদগীদি ষ্টেট কাউন্সিল হায়না পনখ্রবা) হায়না খঙনববা কাউন্সিল অমা লিংখৎপা যাই।

(২) ষ্টেট কাউন্সিল অদু মখাগী মেম্বরশিংসিনা শাগনী, হায়বদি ঃ-

[(এ) পোথোক নত্রগা থবক শীজিন্নবগী থবকশিং পুবিবা মিনিষ্টর অদুগা মহাক্না মদুগী চিযাবমেন ওইগনী।

(বি) অতোপ্পা অসুক ওইগদবনি হায়না লেপ্লবা ওফিসিয়েল নত্রগা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা অদুগুম্বা অদুগুম্বা মখলগী হক লৈবশিংগী মহুৎ শিনগদবা নন-ওফিসিয়েল মেম্বরশিং।

(৩) ষ্টেট কাউন্সিলশিংগী মিতিংসি তঙাইফদবা লৈবকপগা হেক্তা তৌগনি অদুবু চহি খুদিংগী ওইনা মিতিং অনিবক্তগী তাদনদি তৌগদবনি।

(৪) ষ্টেট কাউন্সিলশিং অসি চিযাবমেন্না অদুগুম্বা মফম অমদি মতমদা উনফম থোকই খনবা অদুদা উনগনি অদুগা মদুগী থবকশিং পাংথোক্লবগীদমক্তা ষ্টেট গবনমেন্টনা লেপথোক্লবা শেমলবা অদুগুম্বা থৌওং অদু ইনগনি।][১]

৮। **ষ্টেট কাউন্সিলগী পান্দমশিং ঃ** ষ্টেট কাউন্সিল খুদিংমক্কী পান্দমশিং অসি ষ্টেট অদুগী মনুংদা সেক্সন ৬ কী ক্লোজ (এ) দগী (এফ) ফাওবদা পীবিবা হকশিংদু হেনগৎনবা অমদি ঙাক্লবনী।

### ৩বা তাংকক

## কঞ্জুমর দিস্পুটস রিড্রেসেল এজেন্সিজ

৯। **কঞ্জুমর দিস্পুটস রিড্রেসেল এজেন্সিশিং লিংখৎপা —**

এক্ট অসিগী মবমগীদমক মখাগী এজেন্সিশিং (লোযশঙশিং) অসি লিংখৎকনি, হায়বদি ঃ

(এ) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্লুনা লিংখৎপা ষ্টেট অদুগী জিলা খুদিংমক্তা [ x x x x ] "দিষ্ট্রিক্ট ফোরম'

---

১ দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎশিনখ্রবা।
২ দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হৌনা লৌথোকখ্রে।

হায়না খণ্ডনগদবা কঞ্জুমব দিস্পুট বিদ্রেসেল ফোবম অমমম, [ অদুমকপু জিলা অমদা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা অসুম তৌফম থোকই খল্লবদি দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অমদগী হেন্না লিংখৎপা যাই।][1]

(বি) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্কুনা লিংখৎপা [x x x x] ষ্টেট অদুদা "ষ্টেট কম্মিশন" হায়না খণ্ডনগদবা কঞ্জুমব দিস্পুট বিদ্রেসেল কম্মিশন, অমা অমদি,

(সি) নোটিফিকেসন থোক্কুনা সেনট্রেল গবর্নমেন্টনা লিংখৎপা নেসনেল কঞ্জুমব দিস্পুট বিদ্রেসেল কমিসন অমা।

১০ **দিষ্ট্রিক্ট ফোবম শেম্বা।**

[(১) দিষ্ট্রিক্ট ফোবম খুদিংমক -

(এ) দিষ্ট্রিক্ট জজ ওইবা নত্রগা ওইরুববা নএগা ওইনদা মওঁাক চাববা মীশক অমা অদুগা মানা প্রসিদেন্ট ওইগনী,

(বি) শক্তি, পুকচেল শেংবা অমদি মবাতানা মিংচৎ লৈববা অমদি শেম্মিৎলোন, আইন ললোনইতীক নত্রগা শীন্দোক শীঞ্জিন অমদি লৈনাক ভাবপগী খবক্কী মবীদা লৌশিং লৈববা হকথেংননা থেংনদুনা ফংবা লৌশিং নত্রগা মখোযশিং অসিগী অরুবা বাফমশিং থেংনদুনা লীৎথোক্লবা পাম্বে পুথোকপগী শক্তি লৈবে হাযবসি উৎলবা মীশক অনীগনা শাগনী অদুগা মখোযগী মনুংদা অমদি নুপী ওইগনী।][2]

[(১-এ) সব সেক্সন (১) গী মখাদা ফম হাপ্পা খুদিংমক মখাগীশিং অসিনা শাবা মী খন্দোক খঞ্জিন তৌনবা কম্মিটি অমগী পাউতাক্তা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা তৌগনী, হাযবদি:—

(I) ষ্টেট কম্মিসনগী প্রসিদেন্ট চিযাবমেন।

(II) ষ্টেট লো দিপার্টমেন্টকী সেক্রেটবি — মেম্বব।

১। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮ ৬/১৯৯৩ দগী মহুৎশিঞ্জিল্লক্ক পনী।

২। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হৌনা লৌথোকখ্রে।

৩। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎশিনখিবনি।

শেন তান্নবা মশানা থবক শুবা মফম, অদুন্নদি ওইরগা অসিগুম্বা মতাংদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না অয়াবা পীরববু ওইরবসু নত্রগা মায়োক্তা লৈবা কাঙবুশিংদুনা লৈনদববু ওইরবসু নত্রগা [কারবার চত্থদববু ওইরবসু নত্রগা ওফিশ মশা অমা থমদববু ওইববসু ][1] নত্রগা শেনতান্নবা মশানা থবক শুদববু অসুম্না ৱাকৎ থাঙ্গৎপদুদদি য়েৎলুবা তৌদবা মফমদুগী;

(সি) কেশ তৌরিবদুগী মরমদু মপুঙ ওইনবু ওইরবসু মচেৎ ওইনবু ওইরবসু হৌবকফম মফমদুগী দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমদা ৱাকৎ থাগৎকনী।

[১২। **ৱাকৎ থাঙ্গৎনবগী মওঙঃ** — কবিগুম্বা যোনখ্রবা নত্রগা খুৎশিন্নদুনা পীখ্রবা নত্রগা যোনগে হাযবা যাখ্রবা নত্রগা খুৎশিন্নগে হায়বা য়াখ্রবা পোৎ অমা নত্রগা তৌবিখ্রবা নত্রগা তৌবিগে হায়বা যাখ্রবা থবক্কী মরীদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমদা —

(এ) মঙোন্দা অদুগুম্বা পোৎশক অদু য়োনখ্রবা নত্রগা খুৎশিন্নখ্রবা নত্রগা য়োনগে নত্রগা খুৎশিন্নগে হাযদুনা যাখ্রবা নত্রগা অদুগুম্বা থবক অদু মাগীদমক তৌবিখ্রবা নত্রগা তৌবীগে হায়না য়াবিখ্রবা পোখোক নত্রগা থবক শীজিন্নবা মী অমনা;

(বি) পোত্তু মঙোন্দা য়োল্লবা নত্রগা খুৎশিন্নববা নত্রগা য়োল্লগে নত্রগা খুৎশিন্নরগে হায়বা য়ারবা নত্রগা মাগী থবক তৌবিখ্রবা নত্রগা তৌবিগে হায়না য়াখ্রবা মীশক অদুনা অদুগুম্বা লূপ (এসোসিয়েসন) অদুগী মেম্বরবু ওইরবসু ওইদ্রবসু, শকখঙলবা এসোসিয়েসন অমনা,

(সি) মান্ননা কান্নবা ফংমিন্নগদবা পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবশিংগী মশীং যাম্লগদি অসুম্না কান্নবা ফংমিন্নগদবা পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীওই পূম্নমক্কী মঙ্গো নত্রগা পূম্নমক্কী কান্নবগীদমক, পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী অমা নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী অমা নত্রগা অমদগী হেনবনা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদুদগী অযাবগা লোযননা,

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিনখিবনি।

(দি) সেন্ট্রেল নত্রগা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা -- বাকৎ অমা থাঙ্গৎপা যাই।

শন্দোকপা বাবোল – সেক্সন অসিগী মবমশিংগীদমক্তা "শক খাঙলবা পোৎথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীগী লূপ (এসোসিযেসন)" হাযবসি দি কম্পোনিজ এক্ট, ১৯৫৬ কী নত্রগা চৎনবিবা অতোপ্পা আইন অমগী মখাদা মিং চনখৎলবা লনাইগী পোৎথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীশিংগী লূপ অমবু কৌই।]*

১৩। **বাকৎ ফংলগা তৌগদবা থৌওঙ ঃ**

(১) বাকৎ ফংলবা মতমদা, মদুনা কবিগুম্বা পোৎ অমগা মবী নৈনববদি, দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদুনা --

(এ) মাযোক্তা লৈবা কাওবু অদুদা নুমিৎ কুল্লানিগী মনুংদা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না যাবিদুনা নুমিৎ তবামওানিদগী হেন্দনা শাংদোকপিববা মতমগী তাংকক্কী মনুংদা বাকত্তুনা পল্লিবা মাযোক্তা লৈবা কাওলুপ অদুদা বাকত্তুগী মান্নবা শিন্দোক্লবা অমা পীগনী অদুগা মানা ৱাফম অদুদা হাযনীংবা হাযবকউ হাযদুনা পাউতাক পীগনী।

(বি) মাযোক্তা লৈবা কাওলুপ অদুনা ক্লোজ (১) গী মখাদা মঙোন্দা থাবকপা বাকৎ অমা ফংবদা বাকৎ অদুদা যাউবিবা বাফমশিংদু যাদ্রবা নত্রগা যেৎলবা, নত্রগা পীবিবা মতমগী মনুংদা মাগী বাফমদু দিষ্ট্রিক্ট ফোবমদা হাযহৌনবা থবক পাযখৎহৌদ্রবা নত্রগা শোযহৌববদি, দিষ্ট্রিক্ট ফোবমদুনা ক্লোজ (সি) দগী (জি) ফাউবদা পীবিবা মওঙদা পোৎথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী যেৎনবা খৎনা চৈনবা অদুগী ৱাবেপ লৌনবা থবক চথগনী।

(সি) বাকৎ অদুনা গাযবিবা অশোযবদু মওঙ চুন্না কুপ্পা খাইদোক খাইজিন তৌদুনা নত্রগা চাংযেং তৌদুনা যেংদ্রবদি বাবেপ অমা লৌবা ওম্মোইদবা ওইববদি দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদুনা বাকৎপা মীদুদগী পোত্তুগী নোম্না অমা লৌগনা মদু যোমশিল্লগা চাজুম নমগনী অদুগা হৌনবী অমদি অসুম

* দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্ডমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩না [illegible] ১৯৯৩ দগী হাপ্লা [illegible]

তৌগদবনী হাযবা পথাপ অদুগী মতুং ইন্না অচুম্বনী হাযবা উৎকনী অদুগা বাকৎ অদুদা পল্লিবা অশোযবদু নত্রগা অতোপ্পা অশোযবা পোত্তুদা লৈববা হাযবদু থিদোক্লবা অদুগুম্বা চানবা বিজ্ঞানগী চাংযেং তৌফম শঙ অদুদা যেংশিল্লগা চাজুম নম্লবা নোম্না অদু খাইদোক খাইজিন তৌদুনা ওইববসু চাংয়েং তৌদুনবু ওইববসু ভডাইফদবদুগী মতুংইন্না তৌবগা মদুদা ফংবদুগী পাউ থাখিবদু ফংবগী নুমিৎ নীফুমডানীগী মনুংদা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোবমদা অযাবা পীদুনা শাংদোক্লবা অদুগুম্বা মতমগী মনুংদা দিষ্ট্রিক্ট ফোবমদদা পীবক্লবা পাউ তাক্কা লোযননা থাখগনী।

(দি) ক্লোজ (সি) গী মখাদা চানবা 'বিজ্ঞানগী' চাংযেং তৌফম শঙ অদুদা কাবওম্বা পোৎকা লোম্না অমা থাদ্রিবেদো দিষ্ট্রিক্ট ফোবমদুনা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংযেং তৌফম শঙ অদুদা খর্নাবা পোৎশক অদুগী ওডাইফদনা চঙবা খাইদোক খাইজিন তৌদুনা নত্রগা চাংযেং তৌদুনা নিংদু পাওখোক্লবগী দমক্তা পীনবগী দমক লৈবমগী হিসাবতা অসুক পীযম থোকই হাযদুনা লেপ্লবা ফাশিদু অসুক পীফম থোকই হাযদুনা লেপ্লবদু থমহনবা যাই।

(ই) দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদুনা মদুগী হীসাবতা ক্লোজ (দি) গী মখাদা থমজিল্লক্লবা শেনফম অদু ক্লোজ (সি) দা পর্নাখিবা খাইদোক খাইজিন তৌদুনা যেংবা নত্রগা চাংযেং তৌবদু পাওথোকপা ঙম্লবা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংযেং শঙদুদা থাগনী, অদুগা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংযেংশঙ অদুদগী পাউদু ফংলবদা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদুনা মসিনা চানবে চুম্মে খনবদুগী মতুংইন্না হাযনীংবা অদুগুম্বা বাফমশিংদু পাউদুগী মান্নলা শিন্দোক্লবা অমগা লোযননা মাযোক্তা লৈবা কাওলুপ অদুদা থাগনী।

(এফ) কাওলুপশিংদুগী মনুংদা অমনা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংযেং শঙ অদুদগী ফংইবশিং অদু অচুম্বনী হাযবদা যানিংদবা থোক্লবদি নত্রগা খাইদোক খাইজিন তৌবা নত্রগা চাংযেং

তৌবদা শীজিন্নখিবা পাম্বেশিংদুগী অচুম্বদুদা যান্নিংদ্রবদি দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদুনা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংযেং শঙ অদুনা পীবকখিবা পাউ অদুগী মবীদা অইবা ওইনা মাগী অযেৎপশিং অদু পীখৎহনগনী।

(জি) মদুগী মতুংদা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদুনা ব্লাকৎপা মীগা মাযোক্তা লৈবা মীদুগদা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংযেং শঙ অদুনা পীবকপা পাউ অদুগী অচুম্বা ওইবা নএগা ওইদবগী। অমদি মদুগী মবীদা ক্লোজ (এফ) কী মখাদা তৌবকপা অযেৎপগী মবীদসু মখোযনা হায়বশিংদু তানবগী নাতৈচাবা মওঙদা খুদোংচাবা পীগনী অদুগা সেক্সন ১৩ গী মখাদা পাকম থোকপা যাথং অমা পীগনী।

(২) সেক্সন ১২ গী মখাদা মদুনা যংবা ব্লাকৎ অদুগী মবীদা সব সেক্সন (১) দা শেমখ্রবা পৌওতু অদু ইনবা ওমখিদ্রবা পোৎকা মবী লৈনববা নত্রগা বাকৎ অদু কবিংশ্মা চমক চমগা মবী লৈনবা ওইবগদি দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদুনা

(এ) বাবৎ অদুগী মান্নবা শিন্দোক্লবা অমা নুমিৎ কুপ্লগীগী মনুংদা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না নুমিৎ তবামডানিদগী হৌদনা যাবিবদুনা শাংদোক্লবা মতমগী মনুংদা বাকোক অদুগী মবমদা মানা হায়নীংবা ব্লাবোলদু পাকওউ হায়বা পাউতাক্কা লোয়ননা মাযোক্তা লৈবা কাওলুপ অদুদা থাগনী,

(বি) ক্লোজ (এ) দা পনখ্রবা বাকত্তুগা মান্নবা শিন্দোক্লবা অমা ফংলগা, মাযোক্তা লৈবা কাওবু অদুনা বাকত্তুদা যাউবিবা বাবোলশিংদু যাদ্রবা নত্রগা যেৎলবা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না পীবিবা মতমগী মনুংদা মাগী বাফমদ হায়নবা থবক লৌখৎত্রবা নত্রগা লৌখৎপা শোযনবদি, দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না পোথোক নএগা অতোপ্পগী থবব শীজিন্নবগী যেৎনবা খৎন-চৈনবদু -

(i) ব্লাকৎপা মীদুনা, ব্লাকৎ অদুদা যাউবিবা বাবোলশিং অদুদা যাউবিবা ব্লাবোলশিং অদুদা যাদবা নএগা যেৎনবগনা. মাযোক্তা লৈবা কাওলুপ অদুনা, মদুগী মমাওদা মদুনা খওনবা পুবকপা শাক্ষি অদুগী যুম্ফমদা, নত্রগা

(ii) মায়োক্তা লৈরিবা কাওলুপ অদুনা ফোরম্না পীখ্রবা মতমগী মনুংদা মাগী ৱাফম অদু হায়ননবা থবক অমত্তা পায়খৎত্রবা নত্রগা শোয়রবা মফমদনা মদুগী মমাঙদা মদুনা খঙনবা পুরকপা শাক্ষি অদুগী য়ুম্ফমদা —

ৱাতেমদুনা লোইশন্নবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না থবক চখগনী।

(৩) সব-সেক্সন (১) গা (২) গদা পীরিবা থৌওঙ অদু ইন্না চখখিবা থবক অমত্তা কোর্ট অমত্তনা শাগোন্নরক্লবা অচুম্বা ৱায়েলগী পথাপ ইনখিদে হায়বগী য়ুম্ফমদা কৌখৎলোই।

(৪) সেক্সন অসিগী মরমশিংগীদমক্তা মখাদা পীরিবা ৱাফমশিং অসিগী মরীদা (তৌবা ৱাথোক অমা বায়েল তৌরিঙৈদা কোদ ওফ সিভিল প্রোসিজিওব, ১৯০৮ (১৯০৮ গী ৫) গী মখাদা সিভিল কোর্ট অমদা শিন্নবা পাঙ্গলশিং অদুগা চপ মান্নবা শক্তিশিং দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী লৈগনী, হায়বদি ঃ—

(i) মঙোন্দা মরাল শীরবা অমবু নত্রগা শাক্ষি পীগদবা মীশক অমবু কৌখৎপা অমদি কারকপা শোয়হন্দনবা য়াথং পীবা অমদি ৱাশকহন্দুনা শাক্ষি পীগদবা মীদুবু ৱাহংপাউহং দুনা চাংয়েং তৌবা;

(ii) প্রমান ওইবা য়াবা করিগুম্বা চে অমা নত্রগা শাক্ষি ওইনা পুথোক্তুনা উৎপা য়াবা অতোপ্পা মচাক্কী ওইবা পোৎ অমা থিদোক্তুনা অমদি পুথোক্তুনা উৎপা;

(iii) (ৱাশক্তুনা হায়বা অইবা জবান) ৱাশক-চেদা পীবা শাক্ষি লৌশিনবা;

(iv) অচাবা বিজ্ঞানগী চাংয়েং শঙদগী নত্রগা অতোপ্পা মরী লৈনবা লৈফমদগী মরী লৈনবা খাইদোক খাইজিন তৌদুনা য়েংখিবা নত্রগা চাংয়েং তৌখিবগী পাউ কৌখৎপা;

(v) কনাগুম্বা শাক্ষি অমদা ৱাহং পাউহংদুনা চাংয়েং তৌবগী শক্তি পীবা সরকারগী চে থোকপা/পীবা; অমদি

(vi) মসি মসি তৌগদবনী হায়রবা অতৈ অতোপ্পা ৱাফম।

(৫) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমনা চখবা থবক খুদিঙমক ইন্দিয়ান পেনাল কোদ (১৮৬০ গী ৪৫) গী সেক্সন ১৯৩ অমদি ২২৮ গী ৱাহঙ্খোক্কী মনুংদা চখরিবা থবক অদুগী মনুংদা

শাক্কিদু ক্রিমিনেল প্রোসিজিওব কোদগী সেক্সন ২(1) অমদি ওথস এক্টকী সেক্সন ৩ (২) (এ) গী মখাদা ৱাশক লৌদুনা নত্রগা লৌবা যাবা থবক খুচখ (জুদিসিযেল প্রোসিদিং) ওইগনী, অদুগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদুবুনা কোদ ওফ ক্রিমিনেল প্রোসিজিওব, ১৯৭৩ গী সেক্সন ১৯৫ অমদি ২৬ শুবা তাংকক্কী মবমশিংগীদমক্তা সিভিল কোর্ট অমনা হায়না লৌগনী।

[(৬) ৱাকৎপা মীদুনা সেক্সন ২ সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (বি) গী সব-ক্লোজ (iv) দা পল্লিবা পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীশক অমা ওইবগদি, কোদ ওফ সিভিল প্রোসিজিওর, ১৯০৮ গী অহানবা সিদুলগী ১বা ওর্দবগী রুল ৮ গী বাবোলশিং অদু, ৱাকৎ নত্রগা কোর্টকী বাবেপ অমদা পল্লিবা খুদিঙমক্তু ৱাকৎ অমদা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদুগী য়াথংদা পল্লিবদুনী হায়না ৱাহন্থোক লৌবগা শেমদোক শেমজিন তৌবগী মখা পোন্না, চলাইগনী][১]

১৪। **দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী ৱারেপ ঃ**

(১) সেক্সন ১৩ গী মখাদা থবক চথববা মতুংদা, দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদুনা মদুগী মাযোক্তা ৱাকৎলিবা পোৎশক অদু ৱাকৎ অদুদা পল্লিবা অশোযবশিংদুদগী অমা শোযবে হায়বসিদা য়ানিংলবদি নত্রগা থবকশিংদুগী মবমদা থাঙ্গৎলিবা বাকৎ অদুদা হায়বিবা ৱাফমশিংদুগী মনুংদা অমগী প্রমান ফংলবদি, মখাগী হীবমশিং অসিগী মনুংদা অমা নত্রগা অমদগী হেন্না [তৌনবা][১] পাউতাক পীদুনা যাথং অমা পীগনী, হায়বদি

(এ) খন্নবিবা পোৎশক অদুদা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংযেং শঙ অদুনা যাউই হায়দুনা তাক্লকপা অশোযবদু লৌথোকপা,

(বি) পোৎশক্তু অশোযবা অমত্তা য়াউদ্রবা মশক মান্নবা অনৌবা পোৎশক অমনা মহুৎ শিনবা,

(সি) ৱাকৎপা মীদুদা মমলদু নত্রগা ৱাকৎপ মীদুনা মমল ওইনা পীখিবদুবু ওইববসু হন্দোকপা,

(দি) মাযোক্তা লৈবা কাঙলুপ্তুগী থৌশাদবনা পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীদুদা থোকহনখিবা অমা ৬বা নত্রগা অশোকপা অদুগী অমাঙ অতা হঞ্জিনবা ওইনা মদুনা পীনবা তাবা ৱাবেপকী মতুংইন্না পীযু হাযবা অদুগুম্বা শেনফমদু পীবা,

১ ২। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯৩ না তাবিখ ১৮ ৬ ১৯৯৩ দগী হৌনা হাপচিল্লবপনী।

[(ই) খন্নবিবা থবকশিং অদুগী অশোয়বশিং নত্রগা অরাৎপশিং লৌথোকপা,

(এফ) ললোন ইতীক্তা ফজদবা থৌদৌ নত্রগা ললোন ইতীক্তা অথিংবা পীবগী থৌদৌ মখা তানা চত্থদবা নত্রগা অমুক হন্না তৌদবা,

(জি) খুদোংথিনিংঙাই ওইবা পোৎশক যোন্নবা লাম্থোক্তবা,

(ঐচ) খুদোংথীনিংঙাই ওইবা পোৎশকশিং যোন্নবা লাম্থোকপদগী লৌথোকপা

(আই) বাথোক থোক্কবিবা কাঙলুপশিংদা বাথোক্তুদা অচঙবা শেনফম মতীকচানা পীবা,]

[(২) সব সেক্সন (১) দা পল্লিবা চত্থগদবা থবক খুদিঙমক দিষ্ট্রিক্ট ফোবমদুগী প্রসিদেণ্টক থামদ্রবদা মদুগী মেম্বর অমগা ফম্মিন্নদুনা চত্থগনীঃ

অদম্দি ওইরবদা কবিগুম্বা মবম অমদগী, চত্থগদবা থবক অদু মপুঙ ফাবা পাউবা মেম্বর অমনা (চত্থবা) তৌবা ঙমদ্রবদি প্রসিদেণ্টকা অতোপ্পা মেম্বরদুগনা অদুগুম্বা চত্থদনা হনক অদু ইথৌ নৌনা চত্থগনী।

[(২ এ) সব সেক্সন (১) গী মখাদা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদুনা পীবা যাথং খুদিঙমক মদুগী প্রসিদেণ্টকা থবক চত্থবদুদা যাউবা মেম্বরদু নত্রগা মেম্বরশিংদুগনা পুন্না সহী তৌমিন্নগনী

অদুবু প্রসিদেণ্টকা মেম্বর অমগনা থবক চত্থমিন্নবদা কবিগুম্বা বাফম অমদা নত্রগা বাফমশিংদা মোৎ খেন্নবদি, মখোয়না খেন্নবিবা বাফম নত্রগা বাফমশিংদু হায়গনী অদুগা অদুগুম্বা বাফম নত্রগা বাফমশিংদু তাননবা অতোপ্পা মেম্বরদুদা থাগনী অদুগা অযাম্বগী মোৎ অদুনা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদুগী যাথং ওইগনী।][৩]

(৩) মথঙ্গী পাঁথিবা বাবোলশিংগী মখাপোন্না, দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী মীতিন তৌবগী মসিগী মীফম অমদি অতোপ্পা বাফমশিংগী থৌওঙশিংদি ষ্টেট গবনমেণ্টনা অসুম তৌগনী হায়না লেপ্পা অদু গুম্বা মওঙদুদা ওইগনী।

১৩। প্রাক্ত (৮) দগী (আই) ফাউবসি দি কঞ্জুমর পোটেক্সন (এমেন্দমেণ্ট) এক্ট, ১৯৯৩ না তাবিখ ১৮ ৬ ১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

২। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেণ্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাকিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহৎ শিঞ্জিল্লকপনী)।

১৫। এপিল ঃ

দিষ্ট্রিক্ট ফোবমা পীবা যাথং অমনা অৱাবা নংহল্লবা মীশক অমনা অদুগুম্বা যাথং অদুগী মাযোক্তা, যাথং অদু থোকখিবগী তাবিখ অদুদগী নুমিৎ কুষ্ঠাগী মনুংদা তৌগদবনী হাযনা লেপখ্রবা অদুগুম্বা মওঙদুদা অমদি থৌওঙদুদা, এপিল অমা ষ্টেট কম্মিশন্দা থাবা যাই।

অদুমকপু মতমগী তাংকক অদুগী মনুংদা মদু থাঙ্গৎহৌদবগী মতীক চাবা মৱম লৈ হাযবসি যানিংলবদি ষ্টেট কম্মিশন্না হাযখ্রবা নুমিৎ কুষ্ঠাগী মতম অসি হেন্দোকখ্রবসু এপিল অমা লৌবা যাই।

১৬। ষ্টেট কম্মিশন শেম্বা ঃ

(১) ষ্টেট কম্মিশন খুদিঙমক -

(এ) মদুগী প্রসিদেন্ট ওইগদবা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা হাপ্পবা হাই কোর্ট অমগী জজ অমা ওইবা নত্রগা ওইরম্বা মীশক অমা,

[অদুম্নদি ওইববদা হাই কোর্ট অদুগী চিফ জষ্টিস অদুগা তানবা মতুংদতা নত্তন ক্লোজ অসিগী মখাদা অমগা হাপ্লোইদবনী।][১]

(বি) শক্তি, পুকচেল শেংবা অমদি মবা তানা মিংচৎ লৈববা অমদি শেম্মিৎলোন, আইন, লমলৈ ইকনমিক, হিসাব শুবগী থবক, খুৎশাহৈবগী থবক, মীযামগা যবক থানা নত্রগা শান্দোক শীঞ্জিন অমদি লৈবাক ঙাকপগী থবকী মথাদা লৌশিং লৈববা, হকথেংনবা থংনদুনা ফংবা লৌশিং নত্রগা মখোযশিং অসিগী অববা শাফমশি থেংনদুনা লীৎথোক্লবা পাম্বে পুথোকপগী শক্তি লৈবে হাযবসি উৎলবা মীশক অনীগনা শাগনি অদুগী মখোযগী মনুংদা অমদি নুপী ওইগনি,

[অদুম্নদি ওইববদা ক্লোজ অসিগী মখাদা ফম হাপ্পা খুদিংমক মখয়াশি অসি যাউবা খন্দোক খঞ্জিন তৌনবা কম্মিটি অমগী পাউতাগা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা হাপকনী, হাযবদি -

(i) ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট - চিযারমেন,

(ii) ষ্টেটকী লো দিপার্টমেন্টকী সেক্রেটরি মেম্বর

---

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ...৯১ না তাবিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনা।

(111) ষ্টেটকী পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী থবকশিং পুবিবা দিপার্টমেন্টকী সেক্রেটবি — মেম্বব][১]

(২) ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্ববশিংদা পীবা যাবা তলব নত্রগা অৱামল অমদি অতৈ পীবা যাবা শেলহাপ অমদি অতৈ থবক্কী মতম অমদি ফীভমশিংদি [xxx] ষ্টেট গবর্নমেন্টনা অসুক ওইগনী হাযনা লেপ্পদু ওইগনী।

[(৩) ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বব খুদিঙমক চহী মঙাগী মতম নত্রগা চহী হুম্ফুতবেৎ শুবা ফাউবগগী মবক্তা হেন্না ঙনখৎপা মতমগী ওইনা থবক পাযগনী, অদুগা অমুক হন্না হাপ্পগী মতীক চাবদি ওইবোই।

(৪) সব সেক্সন (৩) দা অমা অমা যাউখিদুনসু দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ চৎনব্রিঙৈগী মমাঙদা মীশক অমবু প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বব অমা ওইনা হাপ্পন্নবদি প্রসিদেন্ট ওইনবু ওইববসু মেম্বব অমা ওইনবু ওইববসু মাগী মতম শুবা ফাউবদি প্রসিদেন্ট নএগা মেম্বব ওইনা থবক পাযবা মখা চথখিগনী]

.৭। **ষ্টেট কম্মিশনগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক ঃ**

এক্ট অসিগী অতোপ্পা বাবোলশিংগী মখা পোন্না ষ্টেট কম্মিশনগী

(এ) (1) লুপা লাখ [মঙাদগীদি][২] হেনবা অদুবু লুপা লাখ [কুন্দগীদি][৩] হেন্দবা পোৎশিং নত্রগা থবকশিং অমদি অমাঙবা হঞ্জিন্নবগী বাকৎশিং, অমদি

(11) ষ্টেটতুগী দিষ্ট্রিক্ট মনুংদা লৈবা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অমগী যাথংগী মাযোক্তা তৌবা এপিলশিং— লৌবা, অমদি

(বি) অদুগুম্বা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদু আইন্না মদুদা পীদবা পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক চলাইবে নত্রগা অপীবা পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক্তু চলাইবা ঙমদ্রে নত্রগা মদুগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক্তু আইন্না যাদবা মওঙদা নত্রগা মচাক্তা পথাপ নাইদনা চলাইবে হাযবসি উববদি ষ্টেট অদুগী মনুংদা লৈবিবা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অমদা পন্দুনা লৈবিবা নত্রগা ৱাবেপ পীখ্রবা কবিগুম্বা পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী যেৎনবা খৎনচৈনবা অদুগী শাক্ষি-প্রমান ওইনা অইবা ৱারোল কৌখৎলগা অচাবা যাথং পীবগী — পাঙ্গল লৈগনী।

১। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাবিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিন্নকপনী।
২ ৩। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাবিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী শিন্দোকখিবনী।

**১৮। ষ্টেট কম্মিশন্দা শীজিন্নবা যাবা থৌওঙ ঃ**

দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না ব্রাকৎশিং লোইশিনবদা শীজিন্নবা [সেক্সন ১২, ১৩ অমদি ১৪ অমদি মখোযগী মখাদা শেম্লবা পথাপশিং][1] অদু দবকাব লৈবমখৈ শেমদোক্লগা ষ্টেট কম্মিশন্না যেংনখোংনবা খংনচৈনবনচিংবশিং লোইশিনবদা শীজিন্নগনী।

**[১৮-এ। প্রেসিডেন্টকী ফম হাণ্ডবা ঃ**

দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগীবু ওইববসু নত্রগা ষ্টেট কম্মিশনগীবু ওইববসু প্রসিদেন্টকী ফম হাণ্ডলকপদা নত্রগা অদুগুম্বা প্রসিদেন্ট অদুনা কাবক্তবদগী নত্রগা অতোপ্পা মবমদগী মাগী ওফিসকী মথৌশিং পাণ্ডথোকপা ঙমদ্রবদি, অদুগুম্বা মীশক অদুগী ওফিসকী মথৌশিং অদু দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগীবু ওইববসু ষ্টেট কম্মিশনগীবু ওইববসু প্রসিদেন্ট ওইবা মতীকচাবা মীশক অমদা মবম অসিগীদমক্তা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা হাপকনী।][2]

**১৯। এপিলশিং ঃ**

সেক্সন ১৭ কী ক্লোজ (এ)গী সব ক্লোজ (।) গী মখাদা পীবা শক্তিশিং শীজিন্নদুনা ষ্টেট কম্মিশন্না পীখিবা যাথং অমনা অবাবা তাহল্লবা মীশক অমনা অদুগুম্বা যাথং অদু থোকখিবা তাবিখ অদুদগী নুমিৎ কুন্থ্রানীগী মতমগী মনুংদা অদুগুম্বা যাথং অদুগী মাযোক্তা অদুম তৌগদবনী হাযনা লেপ্তুনা পীখ্রবা মওঙদা অমদি থৌওঙদুদা নেশনেল কম্মিশন্দা এপিল তৌবা যাই।

অদুমকপু মতমগী তাংকক অদুগী মনুংদা মদু থাঙ্গৎহৌদবগী মতীকচাবা মবম লৈ হাযবসি যানিংলবদি নেশনেল কম্মিশন্না হাযখ্রবা নুমিৎ কুন্থ্রানীগী মতম অসি হেন্দোকখ্রবসু এপিল অমা লৌবা যাই।

**২০। নেশনেল কম্মিশন শেম্বা ঃ**

(১) নেশনেল কম্মিশন অসিদা —

(এ) প্রসিদেন্ট ওইনবা সুপ্রিম কোর্টকী জজ ওইবিবা নত্রগা ওইবকখ্রবা, সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা হাপ্পা মীশক অমা,

(অদুম্নদি ওইববদা ইন্দিযাগী চিফ জষ্টিসকা খন্নবম্লবা মতুংদা নত্তনা ক্লোজ অসিগী মখাদা থবক হাপ্পা অমত্তা তৌবোইদবনী)[3],

১ দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দামেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাবিখ ১৮/৬ ১৯৯৩ দগী শিন্দোকখিবনী

২ দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাবিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী। হাপচিল্লকপনী।

৩। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাবিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

(বি) শক্তি, পুকচেল শেংবা অমদি মরা তানা মিংচৎ লৈরবা অর্মদি শেম্মিৎলোন, আইন, ললোন ইতীক, হিসাব শুবগী থবক, খুৎশাহৈবগী থবক, মীযামগী থবক থানা নত্রগা শীন্দোক শীঞ্জিন অমদি লৈবাক ঙাকপগী থবক্কী মবীদা লৌশিং লৈববা, হকথেংননা থেংনদুনা ফংবা লৌশিং নত্রগা মখোযশিং অসিগী অকুবা রাফমশিং থেংনদুনা লীৎথোক্লবা পাম্বে পুথোকপগী শক্তি লৈবে হাযবসি উৎলবা মীশকশিংগী মেম্বর মরিনা শাগনী অদুগা মখোযগী মনুংদা নুপী অমা যাউগনী—

[ অদুম্নদি ওইববদা ক্লোজ অসিগী মখাদা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা থবক হাপ্পা খুদিঙমক মখাগীশিং অসি যাউবা খন্দোক খঞ্জিন তৌনবা কম্মিটি অমগী পাউতাক্তা সেন্ট্রেল গবনমেন্টনা তৌগনী, হাযবদি ঃ

(এ) ইন্দিযাগী চিফ জষ্টিসনা হাপ্লক্কদবা সুপ্রিম কোর্টকী জজ ওইবা মীশক অমা — চিযাবমেন

(বি) ইন্দিযা গবর্নমেন্টকী আইনগী থবক থনাগী দিপার্টমেন্টকী সেক্রেটরি — মেম্বর,

(সি) ইন্দিযা গবর্নমেন্টকী পোম্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী থবক থনা পাযবিবা দিপার্টমেন্টকী সেক্রেটরি মেম্বর,]

(২) নেশনেল কম্মিশনগী মেম্বরশিংদা পীবা যাবা তলব নত্রগা অবামল অমদি অতৈ পীবা যাবা শেলহাপ অর্মদি অতৈ থবক্কী মতম অর্মাদ ফীভমশিংদি [১X১Y] সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা অসুক ওইগনী হাযনা লেপ্পদু ওইগনী।

[(৩) নেশনেল কম্মিশনগী মেম্বর খুদিঙমক চহী মঙাগা নত্রগা চহী হুম্ফুতবা শুবা ফাউবগগী মতক্তা হেন্না ঙনখৎপা মতমগী ওইনা থবক পাযগনী, অদুগা অমুক হন্না হাপ্পগী মতীক চাবদি ওইবরোই।

(৪) সব সেক্সন (৩) দা অমা অমা য়াউখিদুনসু দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) ওদিনান্স, ১৯৯৩ চৎনদ্রিরৈঙগী মমাঙদা মীশক অমবু প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বব অমা ওইনা হাপ্লম্লর্বদি প্রসিদেন্ট ওইনবু ওইববসু মেম্বব ওইনবু ওইববসু মাগী

১। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাবিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎ শিনখিবা।
১। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাবিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী লৌখোকখ্রে।

মতম শুবা ফাউবদি প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বব ওইনা থবক পাযবা মখা চত্থখিগনী।][১]

## ২১। নেশনেল কম্মিশনগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক ঃ

এক্ট অসিগী অতোপ্পা ব্রাবোলশিংগী মখা পোন্না নেশনেল কম্মিশনগী —

(এ) (i) পোৎ নত্রগা থবকশিং অমদি অমাঙবা হঞ্জিনবগীদমক 'তাম্লিবা মমলনা লুপা [লাক্ষ কুন]'[২] হেনবগী বাকৎ, অমদি

(ii) ষ্টেট কম্মিশনগী যাথংগী মাযোক্তা তৌবা এপিল লৌবগী, অমদি

(বি) অদুগুম্বা ষ্টেট কম্মিশন অদুনা আইন্না মদুদ। পীদবা পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক চলাইবে নত্রগা অপীবা পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক্ত চলাইবা ঙমদ্রে নত্রগা মদুগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক্ত আইন্না যাদবা মওঙদা নত্রগা মচাক্তা পথাপ নাইদনা চলাইবে হাযবসি উববদি ষ্টেট কম্মিশন অমদা পন্দুনা রৈবিব নত্রগ বাবেপ পীগ্রবা ববিওম্বা পোখোব নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী যেৎনবা খৎনচৈনবা অদুগী শাক্ষি প্রমান ওইবা অইনা বাবোল বৌখৎলগা য্রচানা যাথ পীবগী পাঙ্গল লৈগনী।

## ২২। নেশনেল কম্মিশনগী পাঙ্গল অমদি চলাইগদবা থৌওঙ ঃ

বাকৎ অমা লোইশন্নবা তৌবদা নত্রগা মসিগী মমাঙদা থবক চত্থবদা নেশনেল কম্মিশনগী

(এ) সেক্সন ১৩ গী সব সেক্সন (৪), (৫) অমদি (৬) ডা পীবিবা সিভিল কোর্ট অমগী শক্তিশিং লৈগনী,

(বি) সেক্সন ১৪ গী সব সেক্সন (১) গী ক্লোজ (এ) দগী (আই) ফাউবদা পল্লিবা হীবমশিং গী মনুংদা অমা নত্রগা অমদগী হেন্না তৌননবা মাযোক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুদা যাথং অমা পীবগী শক্তি লৈগনী,

অদুগা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা অসি অসি তৌগদবনী হাযনা লেপথোক্কুনা পীবকপা অদুগুম্বা থৌওঙ অদু ইনগনী।

---

১। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাবিখ ১৮/৬ ১৯৯৩ দগী হাপচিল্লব পনা।
২। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাবিখ ১৮/৬ ১৯৯৩ দগী হাপচিল্লব পনা।

২৩। **এপিল ঃ**

নেশনেল কম্মিশন্না সেক্সন ২১ গী ক্লোজ (এ) গী সব-ক্লোজ (i) না পীবা শক্তি শীজিন্নদুনা পীখিবা য়াথং অমনা অৱাবা নংলবা মীশক অমনা অদুগুম্বা য়াথং অদুগী মায়োক্তা, য়াথং অদু থোকপা তারিখ অদুদগী নুমিৎ কুম্থানিগী মতমগী মনুংদা সুপ্রিম কোর্টতা এপিল তৌবা য়াই।

অদুম ওইনমক মতম অদুগী মনুংদা মদু থাঙ্গৎহৌদবগী মতীকচাবা মরম লৈ হায়বসি য়ানিংলবদি সুপ্রিম কোর্টনা হায়খ্রবা নুমিৎ কুম্থানীগী মতম অসি হেন্দোকখ্রবসু করিগুম্বা এপিল অমা লৌবা য়াই।

২৪। **য়াথংশিংদা অরোইবা নাইহনবা ঃ**

কর্রিগুম্বদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশনগী য়াথং খুদিঙমক্কী মাযোক্তা এক্ট অসিগী মখাদা এপিল অমত্তা তৌরক্রবদি য়াথং খুদিঙমক অবোইবা য়াথং ওইগনী।

[২৪-এ। **মতমগী ঙমখৈ ঃ**

(১) ৱাথোক্কী মরম অদু হৌখিবগী তারিখ অদুদগী চহী অনীগী মনুংদা থাং গৎলকপা নত্তবা ৱাকৎ অমত্তা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না লৌরোই।

(২) সব-সেক্সন (১) দা অমা অমা য়াউজরবসু ৱাকৎ অদুনা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্মু ওইরবসু, ষ্টেটকম্মিশনমু ওইরবসু নত্রগা নেশনেল কম্মিশনবু ওইরবসু ৱাকৎ অদু অদুগুম্বা মতমদুগী মনুংদা থাঙ্গৎলকহৌদবগী মতীকচাবা মরম লৈ হায়বসি থাজহনবা ঙম্লবদি সব-সেক্সন (১) গী মখাদা ৱাকৎ অমা লৌবা য়াই।

অদুবু অদুগুম্বা ৱাকৎ অদু দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন অদুনা অদুগুম্বা থেঙথবা অদুবু ঙাকপীবগী মরমদু ইশন্দুনা থম্বা তৌদনা লৌরোইদবনী।][1]

[২৪—বি। **থবক শীনবগী মরীদা লাকশিনবা ঃ**

(১) মখাগী হীরমশিংসিদা নেশনেল কম্মিশন্না ষ্টেট কম্মিশন খুদিঙমকপু থবক শীনবগী মরীদা লাকশিনগনী, হায়বদি —

(i) মতম কক্না কেশ তৌখিবা, লোইখিবা, লোইদনা লৈরিবশিংগী অকুপ্পা মরোল পীরক্নবা কৌখৎপা;

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

(ii) ঋাফমশিং তাবদা চপমান্নবা থৌওঙ শীজিন্নবা, কাঙলুপ অমনা পুথোরকপা প্রমান ওইবা য়াবা চেচাংশিংগী মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপশিংদা থাবা, করিগুম্বা লোন অমদা ইবা ঋারেপ ইংলিশতা হন্দোক্লগা পীবা, প্রমান ওইনা পুথোকপা য়াবাচে-চাংশিংগী মান্ননা শিন্দোক্লবশিংদু থুনা পীথোকপগী মতাংদা পাউতাক পীবা;

(iii) এক্ট অসিগী পান্দমশিং অমদি মরমশিং অসি খ্বাযদগী নীংথিবা মওঙদা পাঙথোক্লবা ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমশিংগী থবক খুত্তৌশিং অসি মখোয়গী তংখায অমা কোর্টকুম্বা ওইবগী নীংখাতম্বদুদা য়েৎশিনবদি তৌদনা, মহৌশাগী ওইবা মওঙদা য়েংশিনবা।

(২) ষ্টেট কম্মিশন্না মসিগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক লৈবা মফমগী মনুংদা লৈবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম পুন্নমকী মথক্তা সব-সেক্সন (১) দা পনখিবা হীরম খুদিঙমক্তা থবক শীনবগী মরীদা লাকশিনগনী।][১]

## ২৫। দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না য়াথংশিং চৎনহনবা ঃ

দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না পীবা য়াথং খুদিঙমক কোর্টনা মদুদা পন্দুনা লৈবম্বা কেশ অমদা পীবা য়াথং অমগুন্না দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না, ষ্টেট কম্মিশন্না নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না অমনবু ওইববসু অমনবু ওইরবসু চৎনহনবা যাই অদুগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না মদু পাঙথোক্লবা মতমদা, অদুগুম্বা য়াথং অদু –

(এ) কম্পেনি অমগী মায়োক্তা পীবা য়াথং অমা ওইরগনা কম্পেনি অদুগী মিং চনখৎলবা ওফিস অদুনা লৈরিবা মফম, নত্রগা

(বি) অতোপ্পা মীশক অমগী মায়োক্তা পীবা য়াথং অমা ওইবগনা মরী লৈনবা মীশক অদুনা মশানা লৈরগে হায়না লৈববা নত্রগা কারবার চথরিবা নত্রগা মশাগী ওইজ ওইথক ফংনবা মশামক্লা থবক তৌবিবা মফম অদুনা লৈরিবা মফম অদুদা পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক লৈবা কোর্ট অমদা থাবা য়াই, অদুগা অদুম তৌববদা, যাথং অদু থাখিবা

---

১। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাবিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

কোর্ট অদুনা, মদুদা থবক ওইনা পাঙথোক্লবা থাবকপা যাথং অমগুম্না কোর্ট অদুনা পাঙথোক্কনী।

[২৬। কৈশু নৈতবা নত্রগা মীবু ওৎনবা তৌবা বাকৎ খন্নবোইদবা ঃ

দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না, ষ্টেট কম্মিশন্না নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না অমনবু ওইববসু অমনবু ওইববসু বাকৎ অমবু কৈশুনৈতবা নত্রগা মীবু ওৎনবা তৌবা ওইনা উববদি ইশিংদুনা থল্লবা মবমশিং অদুগীদমক বাকৎ অদু মখা খন্নবোই অদুগা বাকৎপা মীদুনা মাযোক্তা লৈবা কাঙলুপ্তুদা লুপা লীশিং তবাদগী হেন্দনা যাথংদুদা শুগাযনা তাক্লবা অচঙবা শেনফমদু পীগনী।]

২৭। চৈবাকশিং ঃ

মাগী মাযোক্তা বাকৎ অমা থাঙ্গৎলক্লবা ললোন ইতীক তৌবা মী নত্রগা মীশক অমা [নত্রগা বাকৎপা মী] অদুনা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশনগী অমগীবু ওইববসু অমগীবু ওইববসু কবিওম্বা যাথং অমা ইনবা শোযববা নত্রগা হনবা তৌদ্রবদি মদু শুম্বা ললোনবা মী নত্রগা মীশক্তু (নত্রগা বাকৎপা মীদু)[১] থা অমদগী তাদবা মতমগী অদুবু চহী অহুম ফাউবদি শাংদোকপা যাবা কৈশুমশঙগা থম্বা যাবগী মতমগী কৈশুমশঙদা থম্নবা নত্রগা লুপা লীশিং অনীদগী তাদবা অদুবু লুপা লীশিং তবা যৌনা হেনগৎহনবদি যাবা বাকোংশেল পীহনবা যাবা নত্রগা অনীমক্কী চৈবাক পীগনী।

অদুবু দিষ্ট্রিক্ট ফোবম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না অমনবু ওইববসু অমনবু ওইববসু কেশ অমগী ফীভমশিংনা তঙাযফদবা লৈবে হাযনা থাজববদি কৈশুমশঙদা থম্বগী নত্রগা বাকোংবগী নত্রগা অনীমক্কী চৈবাক অদু যামদ্রবদা ওইফম থোকপা মতম অমদি যামদ্রবদা ওইফম থোকপা শেনফম সেক্সন অসিদা পীবিবসিদগী হখুনা চৈবাক পীবা যাই।

---

১ দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎ শিনখিবনী।

২ ৩। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

## ৪বা তাংকক

## মখল মথেল

**২৮। পুক্নিঙদা ইফ ফনা খল্লগা তৌখিবা থবকপু কনবা ঃ**

দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশনগী মেম্বরশিং নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশনগী কনাগুম্বা ওফিসার নত্রগা মীশক অমনা মদুনা থোকখিবা হুকুম অমা থবক ওইনা পাঙথোকখিবগীদমক নত্রগা এক্ট অসিগী মখাদা নত্রগা মসিগী মখাদা শেমখিবা রুল নত্রগা থোকখিবা য়াথংগী মখাদা অদুগুম্বা মেম্বর, ওফিসার নত্রগা মীশক অদুনা পুক্নিঙদা ইফ ফনা খল্লগা তৌখিবা নত্রগা তৌখিবনী হায়না নীংবা থবকশিংগীদমক্তা কেশ তৌবা, আইনগী ওইবা থবক পাযখৎপা নত্রগা আইনগী মখাদা অতোপ্পা থবক চথবা য়ারোই।

**২৯। অরুবা ফীভমশিং লৈহন্দবগী পাঙ্গল ঃ**

(১) এক্ট অসিগী ব্রারোলশিং অসি চৎনহনবদা অরুবা ফীভম লৈবা থোক্লবদি, সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা য়াথং থোক্তুনা অরুবা ফীভমদু লৌথোক্লবা ওডায়ফদ্রে নত্রগা তৌফম থোক্লে খল্লবদি এক্ট অসিগী বারোলশিংগা চানরোইদবা নওবা অদুগুম্বা বারোলশিং অদু শেমগনী।

অদুবু এক্ট অসি চৎনখিবা চহী অনী হৌখ্রবা মতুংদা অসিগুম্বা যাথং অমত্তা থোক্লোই।

(২) সেক্সন অসিগী মখাদা থোকখিবা যাথং খুদিঙমক মদু হেক থোকখিবগা থুনমক পার্লিযামেন্টকী হাউস খুদিঙমক্কী মমাঙদা থমগনী।

[২৯-এ। **ফম হাঙবশিংনা নত্রগা ফম হাপ্পদা থোকপা অশোয়বশিংনা য়াথংশিংদুবু চৎনহন্দবা তৌরোইদবা ঃ**

দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, স্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশনগী থবক নত্রগা থৌওং অমত্তা, মদুদা মেম্বরশিংগী মবক্তা ফম হাংবা লৈখিবা নত্রগা মদু লিংখিনদা অশোয়বা য়াউখিবগী মরমখক্তগীদমক, চংনবা য়াদবা ওই রোই।][1]

**৩০। পথাপশিং (রুলশিং) শেম্বগী পাঙ্গল ঃ**

(১) এক্ট অসিগী [সেক্সন ২গী সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (এ)][2], সেক্সন ৪ গী

১। ১৯৯১ গী এক্ট নং ৩৪ না তারিখ ১৬ ৮ ১৯৯১ দগী হাপচিল্লকপনা।

২। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ গী তারিখ ১৮ ৬ ১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনা।

সব-সেক্সন (২) গী ক্লোজ (বি), সেক্সন ৫ গী সব-সেক্সন (২), সেক্সন ১৩ গী সব-সেক্সন (৪) গী ক্লোজ (vi), সেক্সন ১৯, সেক্সন ২০ গী সব-সেক্সন (২) অমদি সেক্সন ২২ দা য়াউরিবা বারোলশিং অসি পাঙথোক্নবগীদমক্তা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেক্সন থোক্নুনা পথাপশিং (রুলশিং) শেম্বা য়াই।

(২) [সেক্সন ৭ কী সব-সেক্সন (২) গী ক্লোজ (বি) অমদি সব-সেক্সন (৪)][1], সেক্সন ১০ গী সব-সেক্সন (৩), সেক্সন ১৩ গী সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (সি), সেক্সন ১৪ গী সব সেক্সন (৩), সেক্সন ১৫ অমদি সেক্সন ১৬ কী সব-সেক্সন (২) দা য়াউবিবা বারোলশিং অমসি পাঙথোক্নবগীদমক্তা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেশন থোক্নুনা পথাপশিং (রুলশিং) শেম্বা য়াই।

**৩১। পথাপশিং (পার্লিয়ামেন্টতা) থম্বা ঃ**

(১) সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা এক্ট অসিগী মখাদা শেমখিবা পথাপ খুদিঙমক মদু হেক শেম্মবা মতুংদা থুনা পালিয়ামমেন্টকী হাউস খুদিঙমক্কী মমাঙদা সেসন ফম্লিঙৈগী মনুঙদা সেসন অমখক্তংদা ওইরবসু নত্রগা থংনে থংননা ফম্বা সেসন অনীদবু ওইরবসু মদুদগী হেনবদবু ওইরবসু নুমিৎ কুম্থ্রানি মপুঙফানা থমগদবনী, অদুগা করিগুম্বদা তুংদা লাক্কদৌরিবা সেসনশিংদুগী হেক মমাঙদা ফম্বা সেসন্দু লোইদ্রিঙৈদা হাউস অনীমক্না পথাপশিংদু শেমদোকপদা য়ানরবা নত্রগা হাউস অনীমক্না পথাপশিংদু শেম্নোইদবনী হায়না য়ানরবদি পথাপশিংদু শেমদোক্নবা মওঙদুদা চৎনগনী নত্রগা চৎনরোই অদুগা চৎনহন্দবা অদুনা অদুগুম্বা পথাপ্তুগী মখাদা তৌখিবশিং অদুদা য়েখায় থীনগায়বদি থোকহন্নোইদবা মওঙদা তৌগদবনী।

(২) ষ্টেট গবর্নমেন্ট অমনা এক্ট অসিগী মখাদা শেমখিবা পথাপ খুদিঙমক মদু শেম্নবা মতুংদা হেক য়ারিবমখৈ থুনা ষ্টেট লেজিস্লেচরগী মমাঙদা থমগদবনী।

---

১। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ গী তাবিখ ১৮-৬-১৯৯৩ দগী হাপচিন্নকপনী।

# দি মনিপুর কঞ্জুমর প্রোটেক্সন রুলস, ১৯৮৯
## ( মীতৈলোন্দা হন্দোক্লবা)

# দি মনিপুর কঞ্জুমর প্রোটেক্সন রুলস, ১৯৮৯

১। **অতেনবা মিং অমদি চৎনবা হৌব ঃ**

(১) পথাপশিং অসিগী মিং মনিপুব কঞ্জুমব প্রোটেক্সন রুলস, ১৯৮৯ কৌবা যাই (কৌই)।

(২) মখোযশিং অসি ওফিসিয়েল গেজেত্তা ফোঙবা তাবিখ অদুদগী চৎনবা হৌগনী।

২। **বাহস্থোকশিং ঃ**

বাহৈশিংসিগী ভুংমাঙদা লৈবা বাহৈশিংনা তঙায ফদবা লৈহন্দ্রবদি ঃ

(এ) দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ (১৯৯৬ কী ৬৩) বু "এক্ট" হাযবনী,

(বি) কাঙলুপ অমনা মদুগীদমক ষ্টেট কম্মিশন্দা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোবমদা কবিগুম্বা বাকৎ নত্রগা এপিল নত্রগা পাউখুম অমা পীখৎনবা চপচাবা মওঙদা অযাবা পীববা মীদুবু "মীতুৎ" হাযবনী,

(সি) দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী যাথংগী মাযোক্তা এপিল অমা তৌবিবা কাঙলুপ অদুবু "এপিল তৌবা (কাঙলুপ) মী" হাযবনী,

(দি) এপিল তৌবিবদুনা এপিলদুগী মেমোবেন্দম (থাজনবা চেদা ইবা বাবোল) অদুবু "মেমোবেন্দম" কৌই,

(ই) বাকৎ নত্রগা ফংফম থোকই হাযদুনা তাল্লকইবা অদুদা পাউখুম পীবিবা মীশক অদুবু "মাযোক্তা লৈবা কাঙলুপ হাযবনী.

১ তাবিখ ঃ ৩/০২৮৯ গী মনিপুব গজেত এক্সট্রাওর্দিনবি নং ৫৩৭ কী মতুং ইন্না ৩/৩/১৯৮৯।

(এফ) ষ্টেট কম্মিশনগীবু ওইববসু দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগীবু ওইববসু প্রসিদেন্ট অদুবু "প্রসিদেন্ট" কৌই,

(জি) এপিলগী মেমোরেন্দম (থাজনবা ইবা বাবোল) অদুদা পাউখুম পীবা মীশক অদুবু "রেস্পোন্দেন্ট" কৌই,

(এচ) মনিপুর ষ্টেট পু "ষ্টেট গবনমেন্ট" কৌই।

**৩। দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরশিংগী তলবশিং অমদি অতৈ শেলহাপশিং অমদি মতমশিং অমদি ফীভমশিং (সেক্সন ১০ (৩) ঃ**

(১) মতম মপুঙফানা থবক তৌনবা যুম্ফমদা হাপ্লবদি দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্টনা দিষ্ট্রিক্ট কোর্টকী জজ অমনা ফংবা তলব অদু ফংগনী নত্রগা মতম খরা থবতমৈ থবক শুনগী যুম্ফমদা হাপ্লা ওইববদি অবামল ওইনা মীফমদুগী ওইনা রোমদা লুপা ১০০/ ফংগনী। মতম মপুঙ ফানা ফম্নবগী যুম্ফমদা হাপ্লা অতোপ্পা মেম্বরশিংনা হেনগৎপা হন্থবা নাইদনা অকক্নবা অপূনবা অরামল ওইনা মীফমদুগীদমক রোমদা লুপা ৭৫/ ফংগনী।

(২) ওফিসকী থবক ইংখাং যেংশিন্নবা চৎপদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরশিংনা মনিপুর গবর্নমেন্টকী অহানবা থাক্কী ওফিসার অমনা পীবা যাদা অদুগুম্না চৎপখোৎপগী শেলহাপ অমদি নোংমা নোংমগী শেলহাপ অদু ফংবা যাই

(৩) তলব অরামল অমদি অতৈ শেলহাপশিং অদু মনিপুর গবর্নমেন্টকী ওশিন্দনা থম্লবা শেনগী পুক্কেদগী পীগনী।

(৪) ফম হাপাত্রগী মমাঙদা, দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরশিংনা মেম্বর অমা ওইনা মা মাগী থবক্তা অকাযবা থোক্লা শোকহনবা যাবা মওংদা অদুগুম্বা শেলথুমগী ওইবা নত্রগা অতৈ হকশিং লৈতে অদুগা লৈসু লৈরোই হায়না বাশকপা তাই।

(৫) সেক্সন ১০ (২) গী বারোলশিংগী মথক্তা -

(এ) শেল শিংবা ঙমদ্রবা মীনি হায়না কোর্টনা লাউথোক্লবা নত্রগা

(বি) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা যাম্না তোননা লমচৎ চেন্নবা অবানবানি হায়না নীংবা মবাল অমা লৈববনি হায়না কোর্টনা লাউথোক্লবা, নত্রগা

(সি) অদুগুম্বা মেম্বর অমা ওইনা থবক তৌবদা হকচাংগী নত্রগা পুক্নিঙগী ওইনা ঙমদবা ওইরক্লবা; নত্রগা

(দি) শেলথুমগী নত্রগা অতৈ হকশিং লৈরক্লদুনা মেম্বর অমা ওইনা থবক তৌবদা মাগী থবক্তা অকায়বা থোক্না শোকহনবা য়াশিল্লক্লবা; নত্রগা

(ই) মহাক্না ওফিস্তা অসুম শাংথনা লৈরগদি মীয়ামগী হক্তা অকায়বা থোক্লকপা য়াবা মওঙদা মানা পায়রিবা ফমদু লান্না শীজিন্নরক্লবদি—

ষ্টেট গবর্নমেন্টনা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরদু লৌথোকপা যাইঃ

অদুবু মসিগী মতাংদা অদুগুম্বা থৌওঙদুদা তৌগদবনী হায়না পীবা থৌওঙদুদা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা থিজিন হুমজিল্লবা অদুগা মেম্বব অদু অদুগুম্বা যুম্ফমদুদা মবাল লৈবে থাযবসি উরবতদা নত্তনা সব-রুল (৫) গী ক্লোজ (দি) গা (ই) গদা পীরিবা যুম্ফমশিংদা প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বরবু মাগী ফমদগী লৌথোক্লোই।

(৬) দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্ববশিংগী থবক্কী মতম অমদি ফীভমশিংদু মখোযগী থবক তৌনবগীমতমগী মনুংদা মখোযদা খুদোংচারোইদবা মওঙদা হোংদোক হোংজিন তৌরোইদবনী।

(৭) দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী প্রসিদেন্টকী ফম অসি হাঙলক্লবদা হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী মেম্বর অদুনা অহাঙবা অদু মেনশিন্নবা মীশক অমবু হাপত্রিঙৈ অনদি দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী প্রসিদেন্ট ওইনা থবক পায়দ্রিমখৈ প্রসিদেন্টকী থবকশিং তৌগনী।

(৮) কাবক্তবনা, নাবনা নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মবন্না দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্ট অদুনা মথৌ পাঙথোকপা ঙমদ্রবদি থাক্তা খ্বাযদগী হেন্না রাংনা (থবক হাপ্লগী মথং মনাউদা) লৈবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমবগী মেম্বর অদুনা প্রসিদেন্টনা মাগী থবক পাযবা নুমিৎ যৌদ্রিঙৈ ফাউবা প্রসিদেন্টকী থবকশিংদু পুগনী।

(৯) প্রসিদেন্ট নত্রগা কনাগুম্বা মেম্বর অমনা মখোয়সিগী থবক পায়বা তোক্লবদা (মহাক্না) থবক তৌরিঙৈগী মতমদা এক্টসিগী মখাদা চত্থখিবা থবক অমগী হীরম ওইখিবা লূপ অমগী ফম অমা পায়বা নত্রগা শীল্লাঙবা নত্রগা রায়েন থৌদাগী থবক্তা, মানা অদুগুম্বা ফম অদু পায়বা তোকখিবগী তারিখ অদুদগী চহী মঙাগী মতম ফাউবদা মরী লৈনবোইদবনী।

**৪। দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী ফম্ফম অমদি মরী লৈনবা অতৈ হীরমশিং (সেক্সন ১৪(৩) ঃ**

(১) দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী ওফিস অসি দিষ্ট্রিক্ট অদুগী হেদক্বার্তবদা লৈগনী। ষ্টেট গবর্নমেন্টনা দিষ্ট্রিক্ট অমদগী হেন্না শক্তি শীজিন্নবগী হক লৈবা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অমখক্তমক লিংখৎকে হায়না লেপ্পবদি মসিনা অদুম্না লিংখৎলবা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদুগী মফমগা শক্তি শীজিন্নবগী হক্কদু খণ্ডনবা ফোঙদোক্কনী।

(২) দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী থবক শুনবগী নুমিৎশিংগা ওফিসকী (থবক শুবগী) পুঙশিংগদু ষ্টেট গবর্নমেন্টকীগা চপ মান্নগনী।

(৩) দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী চাজুম (সিল) গা খুদম (এমব্লেম) গদি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা অসি অসি ওইগদৌবনী হায়বদুগুম ওইগনী।

(৪) দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী মীফম ফম্বগী তঙাযফদবা হেক লাকপদা প্রসিদেন্টনা কৌগনী।

(৫) দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী থবক নত্রগা থৌওঙশিং অমত্তা মদুগী মেম্বরশিংগী মবক্তা অবাৎপা নত্রগা মদু শেম্বদা কবিগুম্বা অশোযবা অমা লৈখিবনা মবম ওইবদুনা চৎনবা যাদবা ওইবোই।

(৬) দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না মদুগী নোংমা নোংমগী থবক তৌবদা মতেং পাংনবা অমদি পথাপশিং অসিগী মখাদা পীবিবা অদুগুম্বা থবকশিং পাঙথোক্লবা নত্রগা প্রসিদেন্টনা শিন্নবা খবকশিং পাঙথোক্লবগীদমক ষ্টেট গবর্নমেন্টনা তঙাইফদবা তেংবাংনবা মী হাপকনী। অদুগুম্বা তেঙবাংনবা মীশি দা পীগদবা তলবতু ষ্টেট গবর্নমেন্টকী তাশিংদুনা থম্লবা পুকৈদগী পীগনী।

(৭) মাযোক্তা লৈবা কাঙলুপ্তুনা বাকৎলিবা মীদুনা হাযবিবশিং অদু যাবগদি দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না ব্রাথোক অদুগী অচুম অবান অমদি পুথোক্লক্লিবা চুম্মি হায়না প্রমান তৌনবা ইশিন্দুনা থম্বশিং অদুগী যুম্ফমদা বাবেপ লৌগনী।

(৮) সেক্সন ১৩ গী মখাদা থবক চথবিঙৈদা, দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না কাঙলুপশিং অদবু মরা তানবা তাবিখ লেপলবদি, ব্রাকৎপা মীগা মাযোক্তা লৈবা কাঙলুপকা নত্রগা মদুগী অযাবা পীববা মীহুৎকগীদমক্তা ব্রা তানবা অদুগুম্বা তাবিখতুদা নত্রগা অতৈ অতোপ্পা বা তাবদু যৌথোকখ্রবা তাবিখ অদুদা দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী মমাঙদা কাফম থোক্লবনী। বাকৎপা মীদুনা নত্রগা মানা অযাবা পীববা মীহুৎত্তুনা অদুগুম্বা নুমিৎ অদুদা দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী মমাঙদা কাবকপা শোইববদি দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না নীংবা মতুংইন্না বাকৎ অদু অশোযবা অদুগীদমক মখা তানা খন্নদবা নত্রগা ব্রাথোক অদুগী অচুম অবানগী মতুং ইন্না ব্রাবেপ

ওবা যাই। মাযোক্তা লৈবা কাওলুপ অদুনা নত্রগা মদুগীদমক অযাবা পীববা মীহুৎ অদুনা না তানবা নুমিৎ অদুদা দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী মমাঙদা কাবা শোযববদি দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না বাকৎ অদু নামতমক তাবগা বাবেপ তাবা যাই।

(৯) দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না সব-রুল (৮) গী মখাদা থবক চত্থবিঙৈদা, মদুনা মসিনা ফগনী খনবা অদুওম্বা কীভমশিংদুদা অমদি থাংখাঙ অমদা হেক্তো, বাকৎ তাবদু যৈথোকপা যাই অদুগু খ্বাযগী ওইবা মওঙদা অমুত্তগী হেন্না যৈথোকপা তৌবোই অদুগা বাকৎ অদুগী মতুং ইন্না পোত্তু খাইদোব খাইজিন তৌবা নত্রগা চাংযেং তৌবগী তঙাইফদবা লবোইদবা ওইবগনা মাযোক্তা লৈবা কাওলুপ অদুনা নোটিশ অদু ফংখিবদগী নুমিৎ ৯০ নীগী মনুংদা অদুগা পোত্তু খাইদোক খাইজিন তৌবা নত্রগা চাংযোং তৌবগী তঙাইফদবা লৈবগনা নুমিৎ ১৫০ নীগী মনুংদা বাবেপ পীগনী।

(১০) দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী যাথং অদু বাযেন খুদাদু (বেঞ্চদু) শাবিবা দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী মেম্বরশিংনা সই তৌগনী অদুগা তারিখ থাগনী অদগা কাওলুপশিংদুদা মমল বাটদনা পীগনী

৫। **পোৎশিংদু খাইদোক খাইজিনগা চাংযেংগা তৌনবা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না শীজিন্নগদবা থৌওঙ [সেক্সন ১৩ (১) (সি)] ঃ**

(১) সেক্সন ১৩ (১) (সি) গী মখাদা, তঙাই ফদে খল্লবদি দিষ্ট্রিক্ট ফোবম্না বাকৎপা মীদুদা পোত্তুগী নোম্নাদু অমদগী হেন্না হাপ্পবা মখুম মওঙ তানা খুমজিল্লব ওনানবা পাএদা হাপ্পগা পীবরুবা পাউতাক পীবা যাই।

(২) অদুওম্বা পোৎশিংদুগী নোমনাশিংদু ফংলবদা, দিষ্ট্রিক্ট ফোবমদুনা মদুদা চাজুম নমশিনগনী অদুগা পাএদুগী মথক্তা মখাগী বাবোলশিং অসি যাউনা ইবা চেজেৎ অমা নপশিনগনী ঃ

(i) নোম্না অদু খাইদোক খাইজিন অমদি চাংযেং তৌনবা থাগদৌবিবা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংযেং শঙ অদুগী মমিং অমদি লৈফম,

(ii) দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদুগী মমিং অমদি লৈফম,

(iii) বাথোক (কেস) কী মশিং (নম্বব),

(iv) দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী চাজুম (সিল)

(৩) নোম্না অদু নুমিৎ ৪৫ নিগী মনুংদা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোবম অদুনা যাবিদুনা শাংদোক্লবা অদুওম্বা মতমগী মনুংদা শোযবে হাযবিবদুগী মশোয অমদি পাউ অদু

থাগৎলকপগী তাবিখ উত্তুনা থাবক্লবা দিষ্ট্রিক্ট ফোবমদুনা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংয়েংশঙদুদা থাগনী।

**৬। ষ্টেট কমিশনগী প্রসিদেন্টকা মেম্ববশিংগগী তলবকা অবামলগা অমদি (মখোয়গী থবক্কী) মতমশিং অমদি ফীবমশিং [সেক্সন ১৬ (২)] ঃ**

(১) মতম মপুঙ ফানা থবক তৌনবা যুম্ফমদা হাপ্লবদি ষ্টেট কমিশনগী প্রসিদেন্টনা হাই কোর্টকী জজ অমগী তলবত্তু ফংগনী নত্রগা মতম খবা খবতমক থবক শুবগী যুম্ফমদা হাপ্লা ওইববদি মীফমগী ওইনা নোংমদা হেনগৎপা হষ্ববা নাইদনা অশরুবা অপুনবা অবামল লুপা ১৫০/ ফংগনী। অতোপ্পা মেম্ববশিংগীনা মতম মপুঙ ফানা ফম্লবা হাপ্লগনা হেনগৎপা হষ্ববা নাইদনা অশরুবা অপুনবা অবামল লুপা ২০০০, থাদা ফংগনী অদুগা মতম খবা খবতমক ফম্বগী যুম্ফমদা হাপ্লগনা হেনগৎপা হষ্ববা নাইদনা অশরুবা অপুনবা অবামল অসি মীফমদুগী ওইনা নোংমদা লুপা ১০০, ফংগনী।

(২) ওফিসকী থবক ইংখাং যেংশিন্নবা চৎপদা ষ্টেট কমিশনগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্ববশিংনা ষ্টেট গবর্নমেন্টকী অহানবা থাক্কী ওফিসাব অমদা পীবা যাবা অদুগুম্না চৎপ খোৎপগী শেলহাপ অমদি নোংমা নোংমগী শেলহাপ অদু ফ বা যাই।

(৩) তলব, অবামল অমদি অতৈ শেলহাপশিং অদু ষ্টেট গবনমেন্টকী। তাশিন্দুনা থম্ববা শেলগী পুক্কৈদগী পীগনী।

(৪) ষ্টেট কমিশনগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বব অসি চহী মঙাগী মতম নত্রগা মশা মশাগী চহী ৬৫ শুবা ফাউবগী মনুংদা ঙনখৎপা হেনবা মতমদুগী ওইনা থবক পীগনী অদুগা অমুক হন্না মিং পীখত্তুনা হাপ্লবা তৌবা যাবরোই।

অদুবু প্রসিদেন্ট অমদি মেম্ববদুনা --

(এ) মখৎমক্কী খৎইদা ষ্টেট গবর্নমেন্টতা থাদুনা মতম অমদা হেক্তা থবক্তগী তোকপা যাই

(বি) সব-রুল (৫) গী বাবোলশিংগী মতুং ইন্না মা মাগী থব ত্তগী (ষ্টেট গবর্নমেন্টনা) লৌথোকপা যাই।

(৫) ষ্টেট গবর্নমেনটনা —

(এ) শেল শিংবা ঙমদ্রবা মীনি হায়না কোর্টনা লাউথোক্রবা, নত্রগা,

(বি) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা যাম্না তোনবা লমচৎ চেন্নবা অবানবনী হায়না নীংবা মবাল অমা লৈববনী হায়না লাউথোক্রবা, নত্রগা

(সি) অদুগুম্না মেম্বব অমা ওইনা থবক তৌবদা হকচাংগী নত্রগা

পুক্নিঙগী ওইনা ঙমদবা ওইবক্রবা, নত্রগা

(দি) শেল থুমগী নত্রগা অতৈ হকশিং লৈবক্রদুনা মেম্বর অমা ওইনা থবক তৌবদা মাগী থবক্তা অকাযবা থোক্লা শোকহনবা যাশিনলক্রবা, নত্রগা

(ই) মহাক্লা ওফিস্তা অসুম শাংথনা লৈবগদি মীযামগী হক্তা অকাযবা থোক্রকপা যাবা মওঙদা মানা পাযবিবা ফমদু লান্না শীজিন্নবক্রবা –

ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বর অমবু থবক্তগী লৌথোকপা যাই।

অদুবু মসিগী মতাংদা অদুগুম্বা থৌওঙদুদা তৌগদবনী হাযনা পীবা থৌওঙদুদা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা থিজিন হুমজিল্লবা অদুগা মেম্বর অদু অদুগুম্বা যুম্ফমদুদা মবাল লৈবে হাযবসি উববতদা নত্তনা সব-রুল (৫) ক্লোজ (দি) গা (ই) গদা পীবিবা যুম্ফমশিংদা প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বরবু মাগী ফমদগী লৌথোক্রোই।

(৬) ফম হাপত্রিঙৈগী মমাঙদা ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বর অমনা মেম্বর ওইনা মা মাগী থবক্তা অকাযবা থোক্লা শোকহনবা যাবা মওঙদা অদুগুম্বা শেলথুমগী ওইবা নত্রগা অতৈ হকশিং লৈতে অদুগা লৈসু লৈবোই হাযনা বাশকপা তাই।

(৭) ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরশিংগী থবক্কী মতম অমদি ফীভমশিংদু মখোযগী থবক তৌনবগী মতমগী মনুংদা মখোযদা খুদোংচাবোইদবা মওঙদা হোংদোক হোংজিন তৌবোইদবনী।

(৮) সব-রুল (৪) গী মখাদা ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মেম্বর অমনা ফম থাদোকখিবদগী নত্রগা অতোপ্পা মবন্না থোকহনবা অহাঙবা খুদিঙমক নৌনা হাপ্লুনা মেনশিনগনী।

(৯) ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্টকী ফম অসি হাঙলক্রবদা হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা ষ্টেট কম্মিশনগী থাক্তা খ্বাযদগী হেন্না বাংনা (থবক হাপ্লগী মথ মনাউদা) লৈবা মেম্বর অদুনা অহাঙবা অদু মেনশিন্নবা মীশক অমবু হাপত্রিঙৈ অমদি ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট ওইনা থবক পাযদ্রিমখৈ প্রসিদেন্টকী থবকশিং তৌগনী।

(১০) কাবক্তবনা, নাবনা নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মবন্না ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট অদুনা মথৌ পাঙথোকপা ঙমদ্রবদি থাক্তা খ্বাযদগী হেন্না বাংনা (থবক হাপ্লগী মথং মনাউদা) লৈবা ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বর অদুনা প্রসিদেন্টনা মাগী থবক পাযবা নুমিৎ যৌদ্রিঙৈ ফাউবা প্রসিদেন্টকী থবকশিংদু পুগনী।

(১১) প্রসিদেন্ট নত্রগা কনাগুম্বা মেম্বব অমনা মখোযগী থবক পাযবা তোক্লবদা (মহাক্লা) থবক তৌবিঙেগী মতমদা এক্টসিগী মখাদা চংখিবা থবক অমগী হীবম ওইখিবা লুপ অমগী ফম অমা পাযবা নত্রগা শীল্লাঙবা নত্রগা বাযেল থৌদাগী থবক্কা মান। অদুগুম্বা ফম অদু পাযবা তোকখিবগী তাবিখ অদুদগী চহী মঙাগী মতম ফাউবদা মবী লৈনবোইদবনী।

৭। **ষ্টেট কম্মিশনগী ফম্ফম অমদি মবী লৈনবা অতে হীবমশিং [সেক্সন ১৮ গা পামিন্নবগা সেক্সন ১৪ (৩)] ঃ**

(১) ষ্টেট কম্মিশনগী ওফিস অমসি ইম্ফালদা লৈগনী।

(২) ষ্টেট কম্মিশনগী থবক শুগদবা নুমিৎশিং অমদি ওফিসকী পুঙশিঙ অসি ষ্টেট গবর্নমেন্টকীগা চপ মান্নগনী।

(৩) ষ্টেট কম্মিশনগী চাজুম (সিল) গা খুদম (এমব্লেম) গদি ষ্টেট গবনমেন্টনা অসি অসি ওইগদৌবনী হাযবদুগুম ওইগনী।

(৪) দিষ্ট্রিক্ট ফোবমগী মীফম ফম্বগী তঙাযফদবা হেক লাকপদা প্রসিদেন্টনা কৌগনী।

(৫) ষ্টেট কম্মিশনগী থবক নত্রগা থৌওঙশিং অমত্তা মদুগী মেম্বরশিংগী মবক্তা অৱাৎপা নত্রগা মদু শেম্বদা কবিগুম্বা অশোযবা অমা লৈখিবনা মবম ওইবদুনা চৎনবা যাদবা ওইবোই।

(৬) ষ্টেট কম্মিশন্না মদুগী নোংমা নোংমগী থবক তৌবদা মতেং পা নত্র অমদি পথাপশিং অসিগী মখাদা পীবিবা অদুওম্বা থবকশিং পাঙথোক্লবা নত্রগা প্রসিদেন্টনা শিন্নবা থবকশিং পাঙথোক্লবগীদমক ষ্টেট গবর্নমেন্টনা তঙাইফদবা তেংবাংনব মী হাপকনী। অদুগুম্বা তেংবাংনবা মীশিংদা পীগদবা তলবত্ত ষ্টেট গবনমেন্টনা তাশিন্দুনা থম্লবা পুকৈদগী পীগনী।

(৭) মাযোক্তা লৈবা কাঙলুপ্পুনা ৱাকৎলিবা মীদুনা হাযবিলশিং অদু যারদি ষ্টেট কম্মিশন্না বাথোক অদুগী অচুম অবান অমদি পুথোবক্লিবা চুম্মী হায়না প্রমান তৌনা ইশিন্দুনা থম্বশিং অদুগী যুম্ফমদা ৱাবেপ লৌগনী।

(৮) সেক্সন ১৩ গী মখাদা থবক চংখবিঙদা ষ্টেট কম্মিশন্না কাঙলুপশিং অদুনা মবা তানবা তাবিখ লেপ্লবদি, বাকৎপা মীগা মাযোক্তা লৈবা কাঙলুপকা নত্রগা মদুগী অযাবা পীববা মীহুৎকীদমক্তা ৱা তানবা অদুগুম্বা তাবিখতুদা নত্রগা অতৈ অতোপ্পা বাতাবদু যৈথোকখ্রবা তাবিখ অদুদা ষ্টেট কম্মিশনগী মমাঙদা কাফম থোক্লবনী।

য়াকৎপা মীদুনা নএগা মানা অয়াবা পীরবা মীহুত্তুনা অদুগুম্বা নুমিৎ অদুদা ষ্টেট কম্মিশনগী মমাঙদা কারকপা শোইরবদি ষ্টেট কম্মিশন্না নীংবা মতুং ইন্না য়াকৎ অদু অশোযবা অদুগীদমক মখা তানা খন্নদবা নত্রগা য়াথোক অদুগী অচুম অরানগী মতুং ইন্না বাবেপ তাবা যাই। মাযোক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুনা নত্রগা মদুগীদমক অয়াবা পীববা মীহুৎ অদুনা বা তানবা নুমিৎ অদুদা ষ্টেট কম্মিশনগী মমাঙদা কাবা শোয়রবদি ষ্টেট কম্মিশন্না বাকৎ অদু নামতমক তারগা য়াবেপ তাবা যাই।

(৯) ষ্টেট কম্মিশন্না সব রুল (৮) গী মখাদা থবক চথরিঙৈদা, মদুনা মসিনা ফগানী খনবা অদুগুম্বা ফীভমশিংদুদা অমদি থাংখাঙ অমদা হেক্তা, বাকৎ তাবদু যৈথোকপা যাই অদুবু খ্বাযগী ওইবা মওঙদা অমুক্তগী হেন্না যৈথোকপা তৌবোই অদুগা য়াকৎ অদুগী মতুং ইন্না পোত্তু খাইদোক খাইজিন তৌবা নত্রগা চাংযেং তৌবগী তঙাইফদবা লৈবোইদবা ওইবগনা মাযোক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুনা নোটিশ অদু ফংখিবদগী নুমিৎ ৯০ নিগী মনুংদা অদুগা পোত্তু খাইদোক খাইজিন তৌবা নত্রগা চাংয়েং তৌবগী তঙাইফদবা লৈবগনা নুমিৎ ১৫০ নিগী মনুংদা য়াবেপ পীগনী।

(১০) ষ্টেট কম্মিশনগী যাথং অদু য়ায়েন খুদাদু (বেঞ্চদু) শারিবা ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বরশিং সহী তৌগনী অদুগা তাবিখ থাগনী অদুগা কাঙলুপশিং অদুদা মমল যাউদনা পীগনী।

## ৮। এপিল তাবগী থৌওঙ (সেক্সন ১৫)ঃ

(১) এপিল তৌবিবা মীদুনা নত্রগা মহাক্কী অযাবা পীরবা মীহুৎ অদুনা মশামক্তা ষ্টেট কম্মিশন্দা মেমোবেন্দম লানখৎকনী নএগা কম্মিশন্দা থুংফম ওইনা থাবগা রেজিষ্টাব তৌদুনা থাগনী।

(২) সব-রুল (১০) গী মখাদা থাবা মেমোবেন্দম খুদিঙমক পাবা থোক্কদবা মওঙদা খুৎনা ইদুনা, হেন্না পাম্বদি তাইপ নমথোক্তুনা, থাগনী অদুগা এপিল অদুগী যুম্ফমশিংদু মবৈ-মবাং য়াউদনা নএগা য়াবী লীবগী মওঙ নত্তনা শন্না তশেং তশেংবা বাহৌগী মখাদা খঙহনগনী অদুগা অদুগুম্বা যুম্ফমশিংদু মথং মনাউ নাইনা মশিং থাগনী।

(৩) মেমোবেন্দম খুদিঙমক মদুগী মাযোক্তা এপিল তৌবিবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী চম্মবনী হায়ববা মান্নানা শিন্দোক্লবা য়াথং অমগা মেমোরেন্দম অদুদা পল্লিবা য়াযেৎ শিংদুগী যুম্ফমশিংদুবু ঙাক্লৌ পীবদা তঙাইফদনা চঙবা প্রমান তৌবদা চঙবা অইবা চে-চাংশিংগা লোইনগদবনী।

(৪) এপিল অদু মতম অসুক্তগী চোম্বা যাদে হাযদুনা এক্টনা পীখিবা ঙমখৈদু

হৌখ্রবা মতুংদা থাবা ওইরগদি মেমোরেন্দম অদু, এপিল তৌরিবা মীদুনা এপিল অদু মতম অসুক্তগী চোঙ্খ্রবদি থাবা য়াদে হায়না পীখ্রবা মতমগী ডমখৈ অদুদগী থেঙথনা থাবগী মতীক চাবা মরম লৈ হায়বসি অশেংবা বাফমশিংদু খঙহন্নবা বাশক-চে অমনা তেংবাং পীরবা দরখাস্ত, অমগা লোয়নগনী।

(৫) ওফিসকী মরমশিংগীদমক এপিল তৌরিবা মীশক্তুনা ষ্টেট কম্মিশন্দা মান্না শিন্দোক্লবা মেমোরেন্দম মরি থাগৎকনী।

(৬) বা তাবগী তারিখ নত্রগা বাতাবদু য়েথোকখিবা অতোপ্পা নুমিৎ অমদা কাঙলুপশিং নত্রগা মখোয়গী অযাবা পীরবা মীহুৎশিং অদু ষ্টেট কম্মিশনগী মমাঙদা কাফম থোকই। এপিল তৌবিবা মীদুনা নএগা মাগী অযাবা পীববা মীহুৎ অদুনা অদুগুম্বা নুমিত্তুদা কাবা শোযববদি, ষ্টেট কম্মিশন্না নাকল নামতগী ওইনা থবক চগগনী অদুগা এপিল অদুগী অচম অবানগী যুম্ফমদা বাবেপ লৌগনী।

(৭) ষ্টেট কম্মিশনগী অযাবশক্তদা নওনা, এপিল তৌবিবা মীশক অদুনা মেমোবেন্দম অদুদা হাযদবা বাযেৎশিংগী যুম্ফম অমগুগী ডাক্লোদা তাবিনবা তকশিনবা নত্রগা তাবিনবা তৌবোইদবনী অদুবু এপিলদুগী বাবেপ পীবদা মেমোবেন্দম অদুদা পীবিবা বাযেৎকী যুম্ফমশিং অদুত্তদা নএগা পথাপ অসিগী মখাদা ষ্টেট কম্মিশনগী অযাবা লৌববদু খঙ্গদা ডমখৈ ওইবোই,

অদুবু বাবেপ অদুনা শোকহনবা যাবা কাঙলুপ অদুদা ষ্টেট কম্মিশন অদুনা যামদ্রবদা অমুক্তং তাবিবগী খুদোংচাবা পীবিবা তৌদনা মসিগী বাবেপ অদু তৌবদা কম্মিশন্না অতৈ অতোপ্পা যুম্ফমশিংনা ডাক্লৌ ওইবোই।

(৮) ষ্টেট কম্মিশন্না মদুম তৌফম থোনই হায়না খনবা ফাজমশি অদুদা অমদি কবিগুম্বা থাংখাঙ অমদা এপিল অদুগী বা তাবদু যৈথোকপা যাই অদুবু মহৌশাগী ওইবা মওঙদা অমুক্তগীদি হেন্না যৈথোক্লোইদবনী অদুগা অহানবা বা তাবগী তারিখ অদুদগী নুমিৎ ৯০ নিগী মনুংদা এপিলদুগী বাবেপ লৌগদবনী।

(৯) এপিল অদুদা থোকপা ষ্টেট কম্মিশনগী যাথংদু বাযেন খুদাদু শাগৎলিবা ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বরশিং অদুনা সহী তৌগনী অমদি তারিখ থাগনী অদুগা কাঙলুপশিং অদুদা মমল যাউদনা পীথোক্কনী।

---



**এলঃ দিঃ এমঃ আর্টস সেন্টর, ইম্ফালগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং ঃ —**

১। **মুতুম্বা তোম্বগী ঃ**

(ক) ইপু কৈ ওইবা (মনিপুরী কোমিক ) - পার্ট বান, ১৯৯৪

(খ) ইপু কৈ ওইবা (মনিপুরী কোমিক ) - পার্ট তু, ১৯৯৫

(গ) হৈবোং মনুংগী তীল (ড্রামা) - পার্ট বান, ২০০০

২। **মোইরাংথেম রাজেন্দ্রগী (মীতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙথ্রবা) ঃ**

(ক) দি চাইলদ লেবর (প্রোহিবিসন এন্দ রিগুলেসন) এক্ট, ১৯৮৬ অমদি দিপ্রিভেন্স ওফ সেদিসিয়স মিতিংস এক্ট, ১৯১১

(খ) দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস, এক্ট, ১৯৭২

(গ) দি এসেনসিয়েল কোমোদিটিজ এক্ট, ১৯৫৫

(ঘ) দি কন্সুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ অমদি

(ঙ) দি প্রোটেক্সন ওফ হ্যুমেন রাইটস এক্ট, ১৯৯৩

**ফোঙলগদবা লাইরিশিং ঃ**

(ক) দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস রুলস, ১৯৭৩

(খ) Studies in the History of Manipur (A.D. 1508 to A.D. 1709) (In English)

(গ) দি মনিপুর সোসাইটিজ রেজিষ্ট্রেসন এক্ট, ১৯৮৯

(ঘ) দি প্রিভেন্সন ওফ ফুদ এদলটরেসন এক্ট, ১৯৫৪ (মীতৈলোন্দা) অমদি

(ঙ) মোইরাংথেম রাজেন্দ্রগী ৱারেংশিং

৩। **ডাঃ সিঐচ নিংম্বোম্বগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং ঃ**

(ক) তুরেল তোর্ববানগী শৈশকপা (শৈরেং, ১৯৯৬)

(খ) থাবলদি ময়েক শেংবা অসুম হেক্লিম্লকই (ৱারী মচা, ১৯৯৭) অমদি

(গ) ঈফুৎ মপানগী চন্দ্রমুখি (ৱারী মচা, ২০০০)

৪। **য়ুম্নাম নিংথেমগী থুনা ফোঙলগদবা লাইরিক ঃ**

(ক) ৱারী শীংবুল অমা চৈশু অমা